# কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারীগী ৮৬ শুবা মপোক

## কৃমওনগী নীংশিং চেফোঙ



এম. ডি. ইউ. হোল

১৩।৩।২০০১

কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারী সিংহ মপোক কুমওন পাঙথোক লূ:

কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল

# কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারী সিংহগী

## ৮৬ শুবা মপোক কূমওন

মার্চ ১৩, ২০০১

নীংশিং চেফোঙ

এদিটর

শ্রীলমাবম গোজেন্দ্র সিংহ

ফোঙডবা

কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারী সিংহ মপোক কূমওন পাঙথোক লূপ

কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল

**কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারী সিংহগী ৮৬ শুবা মপোক কুমওনগা মরী লৈননা পুথোকপা**

**নীংশিং চেফোঙ**

মার্চ ১৩, ২০০১

**Souvenir**
Published by the **Keisam (Kaka) Kunjabihari Birth Celebration Committee,**
C/o K.C. Nanda, Keisamthong Top Leirak, Imphal, Phone. 226096

**March 13, 2001**

**এদিটর ঃ**
লমাবম গোজেন্দ্র সিংহ

**ফোঙবা ঃ**
কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারী মপোক কুমওন নীংশিং লুপ,
কৈশামথোং, তোপ লৈরক, ইম্ফাল

**অহানবা ফোঙবা ঃ**
মার্চ ১৩ ২০০১

**কোপী মশীং ঃ**
৫০০

**মখুমগী ফোটো য়েকপা ঃ**
খুন জয়কুমার

**নম্ফম ঃ**
পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

## অফোঙবগী মায়কৈদগী

কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ। মিং অসি ঙসিগী মীরোলনা তারম্লরোই অমসুং খঙলম্লরোই। মাবু ঙসি কাউনখ্রে অমসুং মতমগী ঈরোম্লংদা লুপখ্রে। অদুবু ঙসিদগী চহি ৫০ রোমগী মমাঙদা মণিপুরদা চাং নাইনা খবর ফোঙবা হৌনরকপা, অঙনবা মতমগী মণিপুরী রাজনীতি অমসুং সমাজগী হীরম কয়াদা কৈশাম কুঞ্জবিহারীগী মমিং তারমদবা য়াউরম্মোই। মতমদুদা মহাক্লা য়াওদবা অমত্তা লৈরমদে। মহাক য়াওদ্রবদি থবক-থৌরম খুদিংমক মপুং ইফা ফাদবগুম তৌরম্মী। মহাক অকনবা সমাজসেবক অমা ওইরম্মী। কৈশাম কুঞ্জবিহারীবু ঙসিফাওবা কাউবা লৈতনা শোন্নরিবদি মহাক্লা লময়ানবা জর্নেলিষ্ট অমা ওইনা মণিপুরী জর্নেলিজমগী লমদা তৌবিরম্বা খুদোল অদুনি। মানা খৃ.কৃ. ১৯৪৫ দা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবা, মণিপুরী নিতিগী পাউজেল চে **"ঙসি"** অসি মতম অমদা মমিং য়াম্লা চৎখিবা, মাঙজিন থাখিবা, ঐতিহাসিক ওইরবা খবর অমনি। পাউজেল চে অসিগী সম্পাদক ওইরিঙৈদা মহাক জেলদা কয়ারক চঙখি। মহাক্লা জেলদা চঙবা অহানবা মণিপুরগী জর্নেলিষ্ট ওইখি।

মণিপুরগী জর্নেলিজমগী লমদমত নত্তনা কৈশাম কুঞ্জবিহারীনা শিক্ষা, সাহিত্য, রাজনীতি, থিয়েটর, হিন্দী প্রচার, সংকীর্ত্তন, এদল্ট এদুকেশন, নহারোলগী চাউখৎ-থৌরাংগী হীরম কয়াদসু অঙম্বা থৌদাং য়াদুনা শীংথানবা য়ারবা অবদান কয়া তৌরম্মী। মহাক খৃ.কৃ. ১৯৩৮ দগী ১৯৪৮ ফাওবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদগী কার্য্যকারী সমিতিগী সদস্য ওইনা থবক তৌরম্মী। অদুগা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অহানবা সভাপতিসু ওইরম্মী।। মহাক্লা ৫ থাইদোক্লা নহারোল, অঙাংশিংবু য়াম্লা নুংশিজখি। মখোয়গীদমক্তা য়াম্লা খনজখি। "ঙসি চিঠি মরুপ" অঙাংগী থিয়েটরনচিংবা হৌদোক্নুনা হীরম অসোমদা মাঙজিনথাবা থবক য়াম্লা তৌরম্মী। অদুনা অঙাংসিংনা অমসুং মীয়াম্লা মাবু "কাকা" হায়না নুংশিনা কৌনখি।

কাকাবু নুংশিবা মীওইসিং খরনা নৌহৌনা হোৎনদুনা তাং ২১।১।২০০১ দা "কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারী সিংহ মপোক কুমওন নীংশিং লুপ" কৌবা অমা শেমখি। লুপ অসিনা নোঙ্গাত্রবা কুঞ্জবিহারীনা তৌরম্বা থবক-থৌরমশিং, মাগী মীৎয়েং অমসুং আর্দশদা য়ুম্ফম ওইবা থবক কয়া তৌনবা ৱারেপ লৌখি। মসিগী মনুংদা অহানবা ওইনা কুঞ্জবিহারীগী ৮৬ শুবা মশোক কুমওন পাঙথোকপা অসিনি। লুপ অসিনা মথং মথং ওইনা মাগী মিংদা (১) জর্নেলিজমগা মরী লৈনবা এৱার্ড, (২) নহারোলগী চাউখৎ-থৌরাংদা থবক তৌরিবশিংদা 'নহাগীমনা', (৩) ঙসি রাষ্ট্রলিপি হায় স্কুলদা মাগী নীংশিং মূর্ত্তি শাবনচিংবা থবক কয়া পাঙথোকক্নবা পান্দম থমজরি। মীয়ামগী থৌজাল অমসুং মতেঙদগী পান্দমশিং অসিসু শোয়দনা পাঙথোকপা ঙমগনি হায়না নীংজে। ঙসি ঐখোয়না মণিপুরগী লময়ানব জর্নেলিষ্ট অমসুং সমাজ সেবক অমবু নীংশিংলি। মাগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি। মসিদা মীয়ামসু শরুক য়াবিগনি নীংজৈ।

**ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ**

সেক্রেটরী

**কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারী সিংহ**

মপোক কুমওন নীংশিং লুপ, ইম্ফাল

## MEMBERS OF THE BIRTHDAY CELEBRATION COMMITTEE

| | | |
|---|---|---|
| 1. | ShriTh. Surendra Singh<br>Ex-Head Master, Ngasi Rastralipi High School | *President* |
| 2. | Dr. N. Tombi Singh<br>Manipur University, Canchipur | *Secretary* |
| 3. | Shri Huidrom Begendra | *Member* |
| 4. | Shri K. Dhiren Singh | ,, |
| 5. | Shri S. Ibochou Singh | ,, |
| 6. | Shri K. Omnath | ,, |
| 7. | Shri K.C. Nanda | ,, |
| 8. | Shrimati K. Romabati Devi | ,, |
| 9. | Shrimati K. Rani Devi | ,, |
| 10. | Shrimati K. Rekha Devi | ,, |
| 11. | Shri K. Jagat Singh | ,, |
| 12. | Shri K. Shyam Singh | ,, |
| 13. | Shri K. Mihir Singh | ,, |

SPEAKER,
Manipur Legislative Assembly
Phone No. 239 (Office)/516(Res)
Imphal, the 30-3-1982.

**TO WHOM IT MAY CONCERN**

This is to certify that while serving as the General Secretary of the Nikhil Manipur Mahasabha, the only political party of the time and Editor of the Manipur Paojel, an organ of Ditte, Shri K. Kunjabihari Singh of Keishamthong, Top-Leirak, Imphal was sentenced to 6 (six) months Regorous-Imprisonment (R.I.) and a fine of Rs. 300/- (Rupees three hundred) only by the Sadar Panchayet Court on 20-4-39 on charges of Sedition and Defamation.

I remember, as a prisoner, he was subjected to Oil Crushing Labour, like other categories of criminals. This was first occasion that a political prisoner was subjected to such humiliating condition in the Manipur Jail. He may, therefore, be rightly called one of the Pioners of Freedom Movement in Manipur.

I wish him goodspeed.

**Sd/-**
**(Y. YAIMA SINGH)**
*Speaker*
Legislative Assembly, Manipur

## তাইবং পাউ

**কৈশাম কুঞ্জবিহারী**

ঙরাং কপলুই ঙসি নোকলি,
খঙদে কয়া কুইনা নোক্কনি!
অয়ুকসু মমই, সন্ধ্যাসু মমই।
মাগ্নে মীসু অঙাংগা অহলগা।

চাদ্রবসু লায়নানি চামনবসু লায়নানি
অবা নুংঙাইনা তন্তনা উৎলি।
হে ইবুংঙো পুন্নমক শেম্বিবা!
নঙতনি অবা নুংঙাই চঙদবা!!

পামজদে রাবদু নুংইমনবনা
অরাবা খাঙজগে নঙগীদমক্তা;
খাঙ'ঙম্বা পাঙ্গন্তদি পীনবিয়ু
পেনবিবগী পাউতগা তম্বিয়ু।

("খঙ্গৎলবা শৈরেং" মণিপুরী সাহিত্য
পারিষদনা ফোঙবদগী লৌথোকচবা)

## "রারৌবীনু,'কাকা' নঙবু অপোকপা!"

ঙমখিদে ঙকহনবা বিজ্ঞানগী অরঙ অরাক্পা,
অশিবগী কাথোক্লবা খায়ান্তসু পোকখিদে অকীব;
হে পন্থৌ অপোকপা মীগী শক্তমদা লাইনি নঙদি।

চরা হেনব তারবসু নোক্লানোক্লা মলেনখি
কৈশুমশঙদা লৈরবসু লীলাদুম শান্নখি;
'কাকা' মীংগৌনবা নংগুম্বদি থাজদে লাক্কনি অমুক।

মিহৌখিদে লনথুম 'নুংঙাই য়াইফ' কৌনবদো
"বাপুজী"গী খোঙ্গুন্দা, সত্য-প্রেম-অহিংসাদা;
পুন্নমক কথোকখি নঙগী কৌবা খাক্তনা।

পাঙ্গল শোনবা, থৌনা রাৎলবা নচাশিংনি
ঙমগনি নীংদে খোঙ্গুনবু লীজবা নহাক্কী;
রারৌবা হৈতবা নহাক্তি রারৌবীরোই ঐখোয়বু।

—কে. সি. নন্দ

১৯৩৯ দা মহাত্মা সম্পাদন তৌদুনা ফোঙখিবা **"মণিপুর পাউজেল"** কৌবা খবরদা ছাত্রশিংগী কান্নবা য়াবা লৌশীং হেনগৎপা য়াবা মচাক কয়া হাপ্লম্মী। খুদম অমখক্তং লৌখৎচরি ঃ-

**পাউখোঙ ফোঙলকউ ঃ-**

১। মাদু চারগা মীনা ঈকাই-খুম্নবা করিনো?
২। মাদু চারগা মীনা চৈনবা/হঙ্গোইনবা করিনো?
৩। মাদু চারগা পোৎ নত্রগা থবক্কী মগুণহেনবা করিনো?
৪। মাদু চারগা কপ্পা করিনো?
৫। মাদু চারগা শক ফজবা হেনবা করিনো?

**নুমীৎ ২, ৩ নি লৈরগা পাউখোঙ ফোঙদোকই মখাগী অসুম্না ঃ-**

১। মতীকচাবা ২। পৈশা চাবা ৩। মতম-মফম চাবা ৪। চৈ-চাবা ৫। ফুরীৎ খোঙ্গ্নাউ চাবা

---

**"ঙসি" হায়বসিগী মনুঙগী দর্শন মখাগী মওংসিদা হিন্দু শাস্ত্রনা পীরিঃ-**

*The past is there and cannot be changed and it has created you as you are today. But from this point, you will create your own future exactly as you think and act now. That is why it is so important to live in the present and to realise that at this very moment and at every moment your are creating your future.*

"Sai Messages for you & for me"

# কৈশাম (কাকা) কুঞ্জবিহারীগী শন্নপ্পা পুন্সী ৱারী

## অঙাং ওইরিঙৈ

কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, ইম্ফালগী কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা, কৈশাম তোঞ্জাউ সিংহ অমদি মাগী লোয়নবী থিয়াম নিঙোল কৈশাম ওংবী তোম্বী দেবী অনীগী অহুমশুবা মচানুপা ওইনা ইং ১৯১৬ কী মার্চ থাগী তারীখ ১৩, নিংথৌকাবা নুমিত্তা পোকখি। ইমুংদুদা নুপা ঙাক্তা অঙাং অহুম পোকপগী মনুঙদা মহাক্না ইতোন তোনবনি; মাগী মথক্তা ময়াম্বা অহল গুলামজাৎ অমসুং ময়াম্বা য়াইমা বিশ্বরূপ লৈরম্মী। অপোকপা তোঞ্জাউ সিংহদি কুঞ্জবিহারীনা অঙাং ওইরিঙৈদা লৈখিদ্রে।

ময়াম্বা অহল গুলামজাৎতি অঙাং অতৈগা মান্নরমদে। নৌরিঙৈদগী ঈশ্বর-ভক্তি লৈবা অঙাং ওইনা হৌরকখি। মশাগী চহী ১৪ চঙলকপদা, ক্লাস 'ঐইট' তম্লিঙৈদা "শ্রীচৈতন্যচরিত্রামৃত্ত" পারুবদগী, মানা পামজবা লম্বীদা চৎখ্রগে নীংদুনা 'কৃষ্ণদাস' হায়বা মিংথোন্দা লম্ব্বোইদুনা সন্ন্যাস লৌখি। মতম খরা শঙ্গোইদা খাজীল্লগা লৈরম্লগা য়ুম থাদোক্তুনা বৃন্দাবন পাংনা চৎখিবদগী হল্লকখিদরে। গুলামজাৎনা মনাও অতোনবা কুঞ্জবিহারীবু য়াম্না নুংশিনা-লুনা তৌজখি, লাইরিক-লাইশু তাকপী-তম্বীখি।

গুলামজাৎতি চহী খুদীং মাগী ক্লাসতা মকোক তাদুনতা লৈরম্মী। হোৎনবা কনবা, বুদ্ধি ফবা, ব্যবহার ফজবা অমসুং মীনা নুংশিবা নুপামচা অমা ওইরম্মী। ঙা চারমদে, মতোমতা তোঙাননা থোংদুনা চারম্মী। মদুদা কুঞ্জবিহারীসু মরক-মরক্তা য়াওরম্মী। লুর-লুরবা অঙ্ককী ৱাহং মানা অরায়বা মওংদা পুথোক্তুনা মনাওদা তাকপিখি। ময়াম্বগী শাজৎ-লোনচৎ অমদি ৱাখলগী প্রভাব কুঞ্জবিহারীদা নৌরিঙৈদগী তাখি।

মশাগী চহী ৫ শুরকপদা 'বিদ্যারম্ভ' তৌদুনা সংস্কৃত টোল অমদা কুঞ্জবিহারী লাইরিক তম্বা হৌখি। মতম খরা লৈরগা সংস্কৃত টোল অদু লেপকখিবদগী কৈশামপাৎ এল. পি. স্কুলদা মহাক অহুমশুবদগী তমখি। ইং ১৯২৯ দা লাৱার প্রাইমারী পরীক্ষাদা মকোক-মথং অহুম ফাওবগী মনুঙ চন্না পাস তৌদুনা 'ফী' হুন্দনা চীংঙাগী স্কুলদা লাইরিক মখা তমথখি। ক্লাস 'ফাইভ' তগী মেত্রিক ফাওবা মহাক জোনষ্টোন হায়স্কুলদা তমখি। মাগা মতমদুদা তম্মীন্নখিবা মমান্নবা খরদিঃ পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, হৱাইবম রনবীর, রাজকুমার শীতলজিৎ অসিনচিংবা মমিং পনবা য়াই।

## মপুঙ-মরৈ ফারকপদা

মেত্রিক পরীক্ষা ময়াদা উরিপোক্তা লৈবা নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রগী য়ুমদা লেক্তুনা মবানী লাইরিক কন্না ঔরাইমীন্নখি। অহীং তুমদনা লাইরিক পানবা হোৎনবদা নোংমদি তুমনীংবা কন্না ফাওরক্লবদা কুঞ্জবিহারীনা হায়খি

"তাদা, তুমনীংবা ফনবা মমাঙগী তুরেলদা ঈরোয়রুসি।" অথেঙবা অহীংদুদা ঈরোয়রুসি হায়বদু খেলচন্দ্রনা য়াদবদগী ঈরোয়দি লোইখিদে। পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা ৱারীসি মরক-মরক্তা তম্নদুনা নোকই। ইং ১৯৩৮ দা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা মহাক মেত্রিক পাস তৌখি। স্কুলদা লৈরিঙৈদা ডিবেট্টিং কম্পিটিশন অমদি 'এক্ষ টেম্পর স্পিচ' কয়া য়াওরকখি মনা কয়া তত্তনা ফংলকখি। স্কুলগী মেগাজীন্দা ফাগিগী ৱারেং 'Mere Laughter' চহী ২/৩ লক হাপ্লদগী মীয়াম্না খঙনখি।

ইং ১৯৪০ গী অদুৱাইদা, মশাগী চহী ২৫ চঙলকপদা কুঞ্জবিহারী, থোকচোম নিঙোল ঙানবী দেবীগা লুহোংখি। লুহোংলবা মতুঙ ইকুই কুইদনা হিন্দী তম্নবগীদমক গৌহাটি তান্না চৎখি। মফমদুদা মতম খরা লৈদুনা, রাষ্ট্রভাষা 'কোবিদ' পাস তৌখি। গৌহাটিদা, দয়ানন্দ মিশন্না চলাইবা অনাথাশ্রম অমদা কুঞ্জবিহারীবু মতম খরা মেনেজর ওইনা থবক পুবীয়ু হায়বদগী মহাক মশানা য়াদুনা মমা-মপা লৈজদ্রবা নুপামচা নুপীমচা ময়ামগী সেবা তৌখি। অঙাঙশিং অদুগীদমক মহাক্না কোইনা চত্তুনা ভিক্ষা নিদুনা চেঙ-চাক থিরুই, পুরক্লগা মদুবু থোং-থাক্তুনা মখোয়গা চামীন্নে; লোইরগা অঙাংশিংদুবু অমুক লাইরিক তম্বী। য়ুম পাল্লবা কুঞ্জবিহারী মফমদুদা আশ্রমগী নিয়ম ঙাক্তুনা ব্রহ্মচারী অমগুম লৈখি অমসুং আশ্রমগী কথোক্লবা পুন্সিগী মহাও খঙখি।

খরা লৈরগা রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতি ৱার্দ্ধানা চহীগী ওইনা শীনবা 'হিন্দী সম্মেলন' য়াওনবগীদমক মহাক ৱার্দ্ধাদা চৎখি। সম্মেলনগী মনুঙ চন্না পাঙথোকপা সংস্কৃতিক থৌরমদা কুঞ্জবিহারীনা মফমদুদগী মাটি খোল অমা ৱায়রগা পুং য়ৈবা ময়ামদা উৎখি। ময়াম্না ঙক্না পেন্নখি। নুমিত্তুমক্তদা ৱার্দ্ধাগী সেবাগ্রামদগী ফোনদা বার্ত্তা তৌরক্তুনা মথঙগী নুমিত্তা অমুক মফমদুদা চত্তুনা পুং য়ৈখি।

## সংস্কৃতিক অমসুং সামাজিক পুন্সী

কুঞ্জবিহারীদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা তুমীন্না লৈবা খক হৈনদবা মীশক হায়বদু ওইরকখি। ময়াম্বা য়াইমা বিশ্বরূপনা পুং (খোল) তম্বদসু মহাক হেক্তমক য়াওশিল্লম্মী, ঈশৈ-নোংমাইদসু (মনোহর সাই) য়াওশিল্লম্মী; অদুদা নত্তনা লৈকাইগী থবক-ইনখাঙ অমদি লীলা-পালা পুন্নমক্তা চিথরমদে। মাগী ময়াম্বা য়াইমা কৈশাম বিশ্বরূপ মণিপুরগী য়াম্না মমিং চৎলবা খোল বাদক (পুং য়ৈবা) অমা ওইখি।

পাখঙ মচা ফারকপদা, ময়াম্বা বিশ্বরূপকী তুং ইন্দুনা মনোহর সাই পালাগী পুং য়ৈবা চৎপা য়াওখি। ব্রহ্মসভানা (নিংথৌনা) মাংলে হায়দুনা ঈপ্লোক্লবা ইমুঙ কয়া মতম অদুদা লৈরম্মী। মখোয়গী ইমুঙদা শিবা-নাবা থোকপদা নিংথৌগী দণ্ডী কিদুনা মী কনা অমত্তা চঙনরমদে। অসিগুম্বা ইমুঙ কয়াদা ময়াম্বগা লোয়ননা কুঞ্জবিহারী পুং য়ৈবা চৎতুনা কর্ম কয়া পাঙথোক্লম্মী। করিগুম্বদা থাপ্ল থাপ্লবা মফম য়ৌনা সাইকলদা পুং য়ান্দুনা ৱানা চৎলম্মী। অমুক্তি ইমুঙ অমদা পোৎলোইবীনবা মী কনা লৈত্রে হায়বা পাউ অমা ফংবদগী কুঞ্জবিহারী মমান্নবা খরগা চত্তুনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা পোৎলোইখি। অসিতা নত্তনা কর্মগী ঈশৈ শকপা, পুং য়ৈবসু শীন্দুনা পাঙথোকপা তাখি।

জোনষ্টোন হাইস্কুলদা তম্লিঙৈদা ইংশক ১৯৩৭-৩৮ অদুৱাইগী ৱানি, কস্তুরীচাঁদ কৌবা ইনাক খুনবা কারবারৱালা অমনা ইম্ফালদা সিনেমা হোল লিংখত্তুনা 'টাকিজ' হাংদোরকখি। কুঞ্জবিহারীনা ছাত্র ময়ামগা লোয়ননা ক্লাস-ক্লাসতকী ছাত্রশিং কৌথোক্লগা ঙাইহাক ভাষণ পীদুনা 'সিনেমা' লাকপনা মণিপুরদা ওইরক্কদৌবা সমাজগী

অমাঙবা ময়াম মখোয়দা খুঙহল্লম্মী অদুগা ময়ামগা লোয়ননা শহরগী লম্বী অকোয়বদা শোভা যাত্রা চত্তুনা য়ানীংদবা ফোংদোক্লম্মী। খুদক্তা ঈশৈ অমা শেমদুনা শোভা যাত্রা চৎনা চৎনা মহাক্না ঈশৈ হল্লগা ময়াম্বু খুমহনখি। লোয়ননা মরক-মরক্তা "বন্দে মাতরম" অমদি "মণিপুর মাতাগী জয়" হায়না লাউখি। সিনেমানা মণিপুরগী মশাগী কলচর মাঙহনগনি অদুগী মথক্তা লায়ররবা লমদমসিগী পৈশা মপাল্লোমদা চৎখিগনি হায়বসি মাগী মতনি।

কুম অমা নোং য়াম্না চুবদগী কোংবা কৈথেলগী মনীং নান্দৈবম লৈকায়গী লম্বী অসি পাক-চাউনা ঈশিং থুমখি। প্রজা ময়াম বানখি। মরু ওইনা কৈথেল কাবী নুপীশিংগীদমক য়াম্না অৱাবা ওইখি। কুঞ্জবিহারীনা মরুপ-মপাং খরগা ৱা তান্নদুনা ৱাগী থোং অমা মতম খরগী ওইনা শাখি। মদুগীদমক উ-ৱা লৈনবা শেলগী মতেঙ পীবিয়ু হায়দুনা অপীলগী চে অমা ইরগা কৈথেল চত্তুনা পৈশা খায়বদা লুপা ১০০ হেন্না ফংখি। চাউবা কৌবা মীওই অমদা পৈশাদু পায়হল্লগা লৈকায়দগী ৱা লৈগে হায়দুনা য়ুম খরদা চঙবদা য়ুমগী অহলশিংনা মমল লৌদনা ৱা য়াল্লগা পীনরকখি। ময়াম চঙদুনা ৱাগী থোং অমা শাংনা মী অনী থৈনবা য়ানবা নুমিৎ নিনীগী মনুংদা শেমখি। থম্বালখোংলোমদসু কুঞ্জবিহারীনা মফমদুগী মী খরগা হোৎনমীন্নদুনা অতোপ্পা ৱাগী থোং অমসু শাখি।

ক্লাস নাইন তম্লিঙৈদা "মণিপুর সেবা সমিতি" য়াওদুনা মীয়ামগী সেবাগী থবক কয়া তৌখি। মতম অদুদা লম্ফেলদা কোম অচৌ-অচৌবা য়াম্না লৈরম্মী। কোমশিংদুদা যন কয়া তাশিন্দুনা চহী খুদীং যন ২০০ রোম শিরম্মী। সেবা সমিতিগী থৌশিল মখাদা কুঞ্জবিহারীসু কোম ফুনবা য়াওদুনা মতমদুদা "গোরক্ষা" গী মঙ্গল কার্য পাঙথোকখি। সমিতি অসিগী মখাদা বারুণী কাবদা অশোক-অপন থোকপা মীয়ামগী সেবা তৌবা, হিয়াংথাংগী লাইখুরুম্বা চৎপদা মী ঈন্নবদা শোক-পনবা থোক্তনবা হোৎনবা অসিদা নত্তনা লৈকাই কয়াগী থাবল চোংফমদসু ফুনা চৈনবা থোক্তনবা ঙাক-শেনবগী থবক কয়া তৌবা য়াওখি। মীয়ামগী থবক তৌবদা চাবা-থকপা, পোত্থাবা পুম্বা, মহাক কাউথোকপা ঙম্মী। থবক অদু ঐনা তৌবনি হায়বগী চাউথোকপসু লৈখিদে।

অতোপ্পা চহী অমদসু ইম্ফালগী অৱাং থংবা শরুক্তা ঈশিং চাউখি প্রজা কয়া অৱাবা তারবদা, মী হোনবা, মী কনবা, তল শঙ্গোমনচিংবা অচা-অথক মীয়ামদা য়েনবা য়াওখি। ১৯৩৯ গী অকনবা নোং-নুংশিৎ অমদা শঙ কয়া য়ুম কয়া তেকখি। মদুদা কৈথেল নুপী কয়া শিবসু য়াওখি। মদুদা গান্ধী তুপী উপ্লগা মরুপ-মপাং কয়াগা ভোলুন্টিয়ার ওইনা চোংথোক্তুনা অৱা-অনাগী সেবা তৌবা য়াওখি।

চহী অসিগী ডিসেম্বর থাদা নুপীলাল থোক্তুনা ইমা ইবেল, নুপী কয়া সিফাইনা লাঠী চার্জ তৌখি। শঙ্গীন্না থিনখি। মদুদা অশোক-অপনগী সেবা তৌবা য়াওবদা নত্তনা কেমেরা পুদুনা ফোটো কয়াসু নমলুখি। মদুদা পুলিশনা কুঞ্জবিহারীবু ফাখি। পোৎশংবম তোমালগা মবানী জেলদা থাজীনমীন্নখি।

গৌহাটিদগী হল্লক্লগা জগোয় স্কুলগী সেক্রেটরী, কোংবা ষ্টোরগী প্রোপ্রাইটর অমসুং রাষ্ট্র ভাষা প্রচার সমিতিগী পরীক্ষা ব্যবস্থাপক ওইনা পোত্থাবা লৈতনা থবক তৌখি। মহারাজ বোধচন্দ্রগী মপোক নুমিত্তা জগোয় স্কুলগী থৌরম অমা শীন্দুনা সনা কোনুংদা উৎখি। মহারাজনা জগোয়দু পেনবীরে হায়না তাকপীরকখি। কুঞ্জবিহারীনা দরখাষ্ট অমা ইদুনা মণিপুরী জগোয় স্কুল লিংখৎপিনবা সনা খুত্তা শিন্নখি। নুমিৎ খরা লৈরগা ময়াম্বা বিশ্বরূপতা নিংথৌনা হায়রকখি— "শেলুংবগী ইনাও অমা লৈবদাই, মতম খরা কোনুংদা লৈহন্নীংই।" ময়াম্বগা লোয়ননা চত্তুনা নিংথৌ নাক্তা চঙলুবদা অঙোম নিংথৌদা শীন্নদুনা মতম খরা মহাক সনা কোনুংদা লৈখি। জলকেলীদা, নিংথৌনা হায়বা মতুঙ ইন্না ময়াম্বা বিশ্বরূপকা লোয়ননা পুং য়ৈখি।

মনোহর সাই লোইশঙগী খাঙপোক্তা ওজা পাকা মচাগা কুঞ্জবিহারীগা ৱাচেৎকী কাংথক্তা অহিঙ লেপ্তুনা শ্রীবৈকুণ্ঠনাথকী মঙ্গলার্ত্তি পালি পুখি।

মতম খরা মচীন-মনাওনা মফম কয়া কোইনা চত্তুনা গৌরলীলা মথং মথং উৎতুনা শেল তানখি। মরক অসিদা হিজম ইরাবতনা কাছারদগী চিঠি ইরক্তুনা, মফমদুদা তৌগদবা ইলেকশনগীদমক লুপা লীশীং অহুমদং থারকউ হায়না পাউ পীরকখি। কুঞ্জবিহারীগা ইরাবতকা চিঠি হন্দোক-হঞ্জিন খরা চৎনবদা ডিমাপুরদা চিঠিশিংদু ফাগক্তুনা ট্রান্সলেৎ তৌরগা কুঞ্জবিহারীবু সরকারগী মায়োক্তা থবক তৌবা য়াওরে হায়না ফাননবা শেম-শাখি। মদুগী পাউ বারুণী শর্ম্মা কৌবা অমনা তম্নক্লবদা মহাক মশক লোত্তুনা থা ১০ মুক মহাবলী ঠাকুরগীদা লৈখি। মফমদুদা লোৎনা লোৎনা, হিন্দী প্রচারগী থবক অমসুং জগোয় স্কুল লিংনবগী থবক কয়া পায়খৎখি।

## আধ্যাত্মিকী পুন্সী

অনীশুবা লাঞ্জাও থোরক্তুনা ইম্ফালদা জাপান্না বম থাদরবদা য়ুম থাদোক্তুনা মীয়াম্না লাঞ্জেন্নখি। অসুম্না লাঞ্জেনবদা ময়াম্বা য়াইমা বিশ্বরূপতি থৌবালখোংদা নুপী অমা লৌদুনা অদুম লৈখরে। মরক-মরক্তা ইমুং-মনুংগী ৱারী-ৱাতাই শান্নবা মনাওগী নাক্তা হেক হেক লাকই। মচীন-মনাও অনীগী ফজনবা ব্যবহার মতমদুগী মীয়াম্না শোন্নখি। হেক উনবদা খুরুমনৈ; কুঞ্জবিহারীনা মাগী নুপী অমসুং মচাশিংবু কৌথোক্তুনা ময়াম্বদা খুরুমহল্লি। নোংমতা মচীন-মনাও অকনবা ৱাঙাঙ ঙাঙনখিবা লৈখিদে।

ময়াম্বা অহল গুলামজাৎনা লাইনীংবা, শা-ঙা চাদবা, মায়াদা পূক্লিং চঙদবা, ময়াম্বা বিশ্বরূপ খোলবাদক্কী তুং ইন্দুনা ধর্ম-কর্মগী থৌরম কয়াদা য়াওরকপা অমদি অহল-লমনগী মনাক নকচরকপগী অফবা সংস্কার কয়া অসিনা কুঞ্জবিহারীগী পুন্সীদা আধ্যাত্মিক অমসুং ধর্মগী ওইবা অচেৎপা গুণ কয়া উবা ফংই।

**অহল-লমন্না হায়নৈঃ**

***'ঙরাংদি চৎপ্রবনি ৱারুদুনা কাম্নদে***
***হয়েংদি লাক্তিবনি খঙবা ঙম্বা নত্তে***
***নঙগীনি ঙসি কৌবসে ঙসি হায়বা কাউগনু***
***ঙসি কয়ানা হয়েং শেম্বনি ঙসিগী নথৌ পাঙথোকউ।"***

ৱাখল্লোন অসিদা মহাক্না চেৎনা থাজখিদুনা মহাক্না হেক লৌখৎলম্বা থবক-থৌরম পূম্বদা 'ঙসি' হায়বা ৱাহৈসি শীজিন্নরম্মী। কুঞ্জবিহারীগী মীয়াম্না খঙনখিবা চহী ২৩ রোম মীয়ামগী সেবা তৌখিবা খবর অদু 'ঙসি' কৌই। মথং-মথং 'ঙসি চিলড্রেন্স ক্লব' 'ঙসি হিন্দী স্কুল' 'ঙসি চিঠি মরূপ', 'ঙসি রাষ্ট্র লিপি স্কুল্‌স' অসুম্না মহাক্না লিংখৎতুনা সমাজগী য়াইফনবা থবক কয়া তৌখি।

একাদশী ব্রত্ত চাং নাইনা তৌখি, মপোক নুমিৎ (নিংথৌকাবা) খুদীং সংস্কৃতি পণ্ডিত নতুনচন্দ্র শর্ম্মানা মাগী য়ুমদা লাক্তুনা 'গোপালসহস্রনাম' পাঠ তৌরম্মী; কুঞ্জবিহারী মশানদি নুমিদাং চাক চারমদাই খুদীং গোপালসহস্রনাম

পাঠ তৌখি। চহী খুদীং থা ৪ চুপ্পা চতুরমাশ ব্রত্ত ঙাক্কুনা অখন্নবা চীঞ্জাক কক্‌খি। মরক-মরক্তা 'মৌন ব্রত্ত' (ৱা ঙাঙদবা) তৌখি। গীতা অমদি ধর্মগী লাইরিক কয়া তত্তনা পাখি, নৈনখি। গীতা মণ্ডলগী মরু ওইবা মেম্বর ওইরম্মী। **Divine Life Society** গসু মতম খরা শম্নরম্মী। মহাত্মা গান্ধীজীগী আদর্শদা ঙাওজদুনা অহিংসা-সত্য-প্রেমদা মাগী অচেৎপা থাজবা লৈখি। পুন্সী চুপ্পদা খাদিগী ফীজোলতমক শীজিন্নখি। মপাম্বোংগী ফজবা নুংঙাইবা কল্লকপা মঙোন্দা চঙখিদে। তৌশিন্নবা, ওইদবা ঙাঙবা, নুপী-নহাদা মীৎয়েং লানবা কুঞ্জবিহারীনা খ্বায়দগী য়ারমদে। মঙোন্দা অশাওবা লৈখিদে। মী পুম্নবু নুংশিবা, পেম্বোক্কনবা পুম্নমক ঈশ্বরগী শরুকনি খনবা মীশক ওইখি। বেদান্তগী পুম্নমক ব্রহ্মনি হায়বসি খঙখিবা মীনি। মঙোন্দা থবকসিমদি য়াম্না লুই হায়বা কয়া লৈতে। করিগুম্বা নুংঙাইতবা থৌদোক ইমুংদা থোক্লবদি মহাক চরা হেল্লি অমসুং থৌদোক্তুগী দায়ী ওইবা মীদুনা লাল্লে হায়জরবা মতমদা তোকই। মতম পুম্নমক্তা গীতাগী শ্লোক "হরি ওম তৎ সৎ" হায়বা অসি শোনদুনতা লৈখি।

## রাজনীতিদা

১৯৩৮ গী সাহিত্য পরিষদকী অধিবেষনদা হিজম ইরাবত সিংহনা সভাপতি ওইখি। সভাদুদা কুঞ্জবিহারীসু শরুক য়াখি। মতাঙ অসিদগী শক খঙনখিদুনা নোংমা ইরাবতনা মঙোন্দা থবক শিন্নরকখি। মহাসভাগী চীংঙা সেসনগীদমক স্বেচ্ছা সেবক দল (ভোলুন্টিয়ার্স গ্রুপ) অমা থুনা শেমগৎলো হায়না কুঞ্জবিহারীদা শিন্নখি।

কুঞ্জবিহারীনা নহারোল চাম্নরোমগী দল অমা শেমগৎখি। মতম অদুৱাইদা গান্ধী তুপী উপ্পা হায়বসি য়াম্না মগুণ লৈনা লৌনরম্মী। কুঞ্জবিহারীনা ময়ুমদগী খুদৈ অঙৌবা লৌরুরগা তুপী ২০ মুক শেম্নগা মহাক মশানা অমা ইহান হান্না উপখি। ময়াম্নসু পাম্নবদগী নৌনা অমুক শেমদুনা ভোলুন্টিয়ারশিংদা ললিতা মাধব শর্ম্মাগী মাগুবতা সভা তৌরিঙৈদা য়েন্নদুনা উপহনখি। সভাপতি ওইরিবা ইরাবতনসু পীয়ু হায়রকপদগী মঙোন্দসু অমা পীখি। কৈথেন্দগী খুদৈ লৈরুরগা চীংঙা সেসন নংনবা লাইশ্রম কাহ্নাইগী ময়ুমদা তুপী তুহনখি। মদুদা 'ইমা' অমসুং 'তরেং' হায়বা ৱাহৈ অনীখকসু থাহনখি।

চীংঙা সেসনদা তুপী উপ্পা ঙাক্তা ওইনা উখি। শোভা যাত্রা চৎপদা "জয় মণিপুর" অমসুং "বন্দে মাতরম" হায়না লাউদুনা চৎখি। চীংঙা সেসনদা মহাসভা অসি রাজনৈতিক সভা ওইরে হায়না লাউথোকখি। সরকারনা মহাসভা অসি রাজনৈতিক সভা ওইরবনিনা কর্ম্মচারীশিংদি য়াওবা য়ারোই হায়না নোটিশ থোকখি। মী ফন্না য়াম্না তোক্লবা য়াওখি। সভাপতি ইরাবত, এলাংবম তোম্পোক, কাশীরাম শর্ম্মা অমসুং কুঞ্জবিহারী মখোয় মরী চৎতুনা খুন্দ্রাকপম, উয়ুমপোকনচিংবা খুল ৫ দা মহাসভাগী ব্রাঞ্চ সমিতিশিং শেম্লুই।

ইং ১৯৩৯ গী ওক্তোবর অদুৱাইদা নোংমৈবুংদা স্বখ্যামচাগী হরি মাগুবতা ময়াম্বুং মচানা সভাপতি ওইদুনা হিন্দু মহাসভাগী সভা অমা ফমখি। মদুদা সরকারগী ওফিসার কয়া য়াওরম্মী। মখোয়গা ইমা-ইবেলশিংগা ৱা তান্নদুনা মহাসভাগী চে-চাং মুল্লুসি হায়না ৱা লেপ্পরকখি। ডাক্তর লৈরেন্না সভাদু কণ্ডক্ট তৌরম্মী। কুঞ্জবিহারীনা কনামগী অয়াবা হংদনা চুমদ্রিং চঙখিদুনা ৱা খরা ঙাঙবদগী সভাদু কায়খি।

নুমিৎ খরা লৈরগা স্বখ্যা ভুবনসনানা সভাপতি ওইরগা ঐস্ত্রা গৌরমণি শর্ম্মানা বোডি গার্ডকী মতৌদা মনাক্তা লেপ্পদুনা মিটিং চথরম্মী। লাইশ্রম কাহ্নাইনা ৱা ঙাঙবা লোইরবদা মহাসভাগী চে-চাং চাইখাইরুসি হায়না ৱারেপ তাখি। মদুগী মতুঙ ইন্না নুপা -নুপী ময়াম থোরক্কুনা নাগ মপান্দা লৈবা মাঘো বাবুগীদা চঙননবা হোৎনখি।

ৰাফমদি মহাসভাগী মেম্বর ১১ না সহী তৌদুনা মপান্দা চেঙ থাহন্ননবা চেরোল অমা পোলিটিকেল এজেন্টতা পী হায়দুনা খবর অমদা পাউ ওইনা ফোঙই হায়বসিনি। মদুদগী প্রাজশিংনা শাউনবা ওইরম্মী।

কুঞ্জবিহারীনা হায়খি, ৰাফমদু হাথু হাথুনা হেক্তা অচুম্বনি লৌবা চুমদে। চেরোলদু লৈরমগদবা ওফিসতা চত্তুনা মদুদা সহী তৌই হায়রিবদু চুম্বরা চুমদবরা হায়বদু মুন্না অমুক্তং য়েংলুখিসি। মহা সভাদি মীয়ামগী সেবাগীদমক শেমখিবনি, মীয়ামগী মাঙনবা খক তৌরম্লোই। কুঞ্জবিহারীগী ৰাসি তারগা মীয়াম্না চুম্মী চুম্মী হায়দুনা ঈরাং তৌরম্বা তোক্লখি।

নেতা হিজম ইরাবতপু য়ুমদগী ফারবদা, মতম অদুদা নৌগাঁওদা পাঙথোকপা কঙ্গ্রেসকী মীফম মহাক্না চৎকদবদু, কুঞ্জবিহারীদা চিঠি অমা ইরকপদগী, বঙ্কবিহারী শর্ম্মাগা চে-চাং পুদুনা মফমদুদা চৎখি। নুপীলালগী ফোটো ১৮ রিপোর্ট অমগা লোয়ননা কুঞ্জবিহারীনা মিষ্টর ভুংয়াদা পীশিনখি। মদু গোপীনাথ বোড়দোলোইনা কলকত্তাদা থাখিদুনা "হিন্দুস্থান ষ্টেন্দর্দ' দা ফোঙখি। মদুদগী নুপীলালগী ৰাথোক ভারত পূম্বা খঙনখি। লাইশ্রম কুলবিধুবু পুলিশনা, লাউ-খোংদুনা হোৎচিল্লগা ফাখ্রবদা নুপী-অঙাং ময়াম য়াওনা ইরাঙ-লাঙনরম্মী, তাঞ্জাসিদা কুঞ্জবিহারী নৌগাঁওদগী থুংলখি। নুপীশিংনা মঙোন্দা থৌদোক্তুগী ৰা তমখি অমসুং করি তৌসি— নুমিৎসু তাশিল্লক্লে, হায়না ৰারম্মী। তাঞ্জাসিদা পুলিশলেন লম্পাকলোমদগী ব্লেঙ্ক ফয়ারিং তৌরকখি। মদুদগী মীয়াম কায়দুনা চেন্নখি।

কঙ্গ্রেস মনুঙদা কায়নরকপগী ৰাফম খার থোরকখি। মদুগী বিচার তৌননবা Credential Committee অমা শেমখি। মদুদা কুঞ্জবিহারী, বঙ্কবিহারী শর্ম্মা, অমসুং মহেন্দ্র য়াউরম্মী।

নোংমা কৃষ্ণমোহনগী কাঙবুগা সলাম তোম্বীগী কাঙবুগা অনীগী মরক্তা বিচার তৌবা তাখি। কুঞ্জবিহারীনা মহেন্দ্রগী দুকান্দা চঙলগা বিচারসি করম তৌসিগে হায়রুবদা মহেন্দ্রনা সলাম তোম্বীগী মায়কৈরোম খর্জাক্তং মীচং চঙবগী মওং উৎলকখি। কুঞ্জবিহারীনা বিচার চত্থবা য়াররোই উরদুনা নাকল অনীমক্তুগী মখোয় মখোয়গী হায়নীংবশিং পোইন্ট মথং মথং চেদা ইরগা পীহল্লশি হায়খি। ৰাফমদুমক হায়রবদা য়ানবা য়াবা মচাক খনগৎলগা য়ানদবদু কোক্লখি।

ইরাবতনা জেলদা লৈরিঙৈদা, থৌবাল সেসন য়াওনবগীদমক মীয়াম কুঞ্জবিহারীনা লুচিংদুনা পুন্না থোরকখি। জেল মনাক য়ৌবদা কুঞ্জবিহারীনা "বন্দে মাতর", "জয় মণিপুর" "জয় ইরাবত" হায়না ময়ামগা লোয়ননা হৌনা হৌনা লাউরম্মী। মদু তাবদা জেল মনুঙদগী ফাদোক ময়াম্নসু হৌনা হৌনা খুম্নক্লম্মী। পুলিশ খরনা চেপ্তোরক্লগা "কনানো লাউরিবসে সিদা; হায়য়ু কনানা লুচিংবনো!" হায়না খোল কন্না হংখি। মদুদা মহাক্না চোংথোক্তুনা "ঐনা লুচিংলিবনি; ফানীংবরা ফাউ ঐ ফারবদি নখোয় মনা ফংগনি" খুম্লবদা পুলিশ ওফিসারদুনা "ফাজরোই লেঙবিগ্নো' হায়রকখি। অসুম্না মহাক্না থৌবাল সেসন্দগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা পুখি। ১৯৪১ দা ছুটি লৌরগা গৌহাটিদা হিন্দী তম্বা চৎখি। মফমদুদা ভারত কঙ্গ্রেস, কম্যুনিষ্ট পার্টি, হিন্দু মহাসভা অসিনচিংবদা বীর সাররকরনা ভাষণ পীখিবা অদুদা মী লীশীং ১০ তিনবদু ভোলুন্টিয়ার ওইনা মহাক য়াওখি। মফমদুদা ভারতকী রাজনীতিগী ওইবা ৰাফম কয়া কুপ্না নৈননবগী তাঞ্জা ফংখি।

রাজা ডুম্ব্রা সিং হায়স্কুলদা ফমখিবা কঙ্গ্রেসকী সভা মতুঙদগী কঙ্গ্রেসতগী রিজাইন তৌখি। আইন সভাগী আন্দোলন য়াওবগী জেল চঙখি। অতোপ্পা দল অমদা অমুক য়াওরুবা লৈখিদ্রে। Nationalist Socialist Democratic Party হায়বা অমা হৌদোক্লম্মী। মদুসু মী ৰাৎপদগী কুইখিদ্রে। সম্পাদক অমা ওইনা দলাদলী নাইদনা অচুম্বা ফংনবা লাঞ্জংদা কলম পায়দুনা লাম্থেংনবনা মাগী পামজবদু থুংলে খঞ্জখি।

১৯৬৬-৬৭অদুৱাইদা অমুকখক ভোট লেপখি। মদুসু এসেমব্লিগী নত্তে, ম্যুনিসিপালিটিগী কমিশনারগী ইলেক্সননি। কাখিদে। পৈশা অমসুং মী চঙই, চীরোল হৈতবা য়াদে হায়বা পারা মচা অমা কুঞ্জবিহারীনা তমখি। গান্ধীজীগী রামরাজ্যগী মঙ কন্না মঙখি। লুচিংবা অমা হায়বদুদি মপুঙ ফানা স্বার্থ ত্যাগ তৌগদবনি হায়না মহাক্না থাজখিঃ মাগী শৈরেংদা ফোঙদোক্লম্মী ঃ

*"ক্রক ক্রক তক্রে, ইতোই ইতোই তোইরে*
*বৃ বৃ নোইরে কন্না কন্না শুমলে*
*হঙ্গাম থাউদি থোক্রে লংহীং দোশি হাপ্লে*
*কেগাম থাউমৈ চূখৎলে . . .*
*অমম্বা পূম্বা কোকখরে;*
*. . . দেশ ভক্ত শেংলে।"*

মতমসিগী দেশ ভক্তশিংগী মফমদদি ৱাখল অসি ফনা নোক্লীংনা থোকপা য়াই।

## রাষ্ট্রভাষা প্রচার

থোকচোম মধু সিংহনা ইং ১৯৪৪ দা লৈখিদ্রবদা, মণিপু রাষ্ট্রভাষা প্রচার সমিতিগী সেক্রেটরি অমসুং পরীক্ষাগী ব্যবস্থাপক মহাক্না ওইখি ।

লাল মনুং ওইরবসু হিন্দীগী লাইরিক কয়া পুদুনা লমশাং, ককচীং, ককচিংখুন্নৌ, নম্বোল, মোইরাং, ময়াং ইম্ফাল অসিনচিংবা মফম কয়াদা কোইনা চত্তুনা স্কুল লিংখৎখি অমসুং লাইরিকশিং য়েম্বোকখি। থা ৬/৬ কী ওইবা পরীক্ষা তৌরমই। পরীক্ষাফল হায়দোক্লগা সার্টিফিকেট য়েম্বোকপগী থৌরম হোল রাইদুনা মশকথোক্লা পাঙথোকলম্মী। মদুদা ইশৈ জগোয় নচিংবা কলচরেল শো য়াউহল্লম্মী।

মরকসিদা আসামদগী শাখা ওইনা 'দো হর্ফী' (ময়েক অনী তম্বীবগীচৎনবী) হিন্দুস্থানী প্রচার হায়বা অমখক লাকখি। মদুনা রাষ্ট্রভাষা প্রচার অসিদা চাংদম্নবগী ৱাখল অমা পোকহন্দুনা অঙমতান্নবগী মওং লাকখি। দিল্লীদগী কাকা কালেলকরনা ইম্ফালদা লাকপদা মণিপুর সরকারদগী গাড়ী লৌদুনা কুঞ্জবিহারীনা মহাকপু ডিমাপুরদগী ওক্লুই। "দো - হর্ফী" গী অঙাইফদবা লৈ হায়না খনবরা হায়না কাকা কালেলকরদা কুঞ্জবিহারীনা হংবদা হিন্দীনা রাষ্ট্রভাষা ওইরবনিনা মাগী ময়েক নাগরীলিপি অসিখক্তনি প্রচার দরকার ওইবীবা হায়রকখি। নুমীৎ খয়া লৈরগা কুঞ্জবিহারীনা মাগী 'ঙসি' খবরদা নাগরীলিপিবু রাষ্টলিপি থোন্দুনা মাগী সম্পাদকীয়গী শরুক খরা মসিদা ফোঙবা হৌখি।

কুঞ্জবিহারীগী মতমদা, মণিপুরদা 'রাষ্ট্রভাষা কোবিদ' মথংদা 'রাষ্ট্রভাষা রত্ন' পরীক্ষা থাবগী কেন্দ্র লীংলমলে। মহাবিদ্যালয়দি মপুঙফানা ওনবা ঙমখিদ্রে। থা ১/২ দং হৌদোক্লমলগা ছাত্র ছাত্রী ৱাৎপদগী তোকখ্রে।

কুঞ্জবিহীরীনা মশাগী শঙ্গোয়দা হিন্দী তম্বীদুনা হিন্দী স্কুল লীংখৎলম্মী। অহানবদা লৈকাইগী লাইরিক হৈহৌদ্রবা অহল নুপীশিং খোমদুনা হিন্দী ইবা পাবা তম্বীখি। হিন্দী হৈখিবদগী নুপী কয়া খবর পাবা ঙমখি। লাইরিক কয়া পাবা থোকখি। পান্ধীজীনা 'প্রৌঢ় শিক্ষা' অমদি নারী শিক্ষা কন্না পল্লম্বদু মহাক্নাসু মাগী ঙমজবা মওংনা

পাঙথোকখি।

মহাক মশানা গৌরধর্ম্ম চৎচরবাশু মৈতৈগী ওইবা লাইনীং লাইশোল অমসুং নাৎকী মচাকশীংবু য়াম্না লুনা ৱাংনা খঞ্জবা মীশক ওইখি। মৈতৈ ময়েক শন্দোকপা পামখি। মতমদুদা মৈতৈ ময়েক লৈতবনিনা মহাক্না শাইক্লোষ্টাইলড (লিঠৌ) তৌহন্দুনা মৈতৈ ময়েক্কী অহানবা লাইরিক নমথোক্তুনা মাগী স্কুলগী অঙাঙশিংদা তমহনবা হৌখি। মৈতৈ জগোয়, পুং ঈশৈ, মাইব মাইবীগী মচাক কয়া য়োকখৎনবা কন্না হোৎনখি। মৈতৈনুপীনা শাবা লশীংফী মশানাসু শেৎখি মীয়ামদসু প্রচার তৌখি "ইয়োঙ ফিদি লৈবীয়ু" হায়বা শৈরেং মাগী খবরদা ফোঙখি। অমসুং মচানুপীবুসু মীয়াম সভা মমাংদা কয়ারক থীহনখি।

১৯৪৯ দনি শিলোংদা, অসাম প্রেস এডভাইজরী বোর্ডকী মীফমদা 'ঙসি খবরগী ইডিটর ওইনা কুঞ্জবিহারী মথন্ত চৎখি। আসামগী ইডুকেসন ডাইরেক্টর ওইরীবা বহুগুনানা, রাষ্ট্রলিপি শীজিন্নবা ৱারেপ অমততা প্রস্তাব তৌরকউ হায়না সভাদা হায়রকখি। কুঞ্জবিহারীনা হায়খি, ঐ ইশাগী ওইনদি ৱাফমদু থবক্তা ওইনা ওম্থোকচবা হৌখ্রে; মফমসিদা প্রস্তাব তৌবদা কনানা সেকেণ্ড তৌবীগনি।

হায়না হায়না চে অমদা প্রস্তাব ইদুনা কুঞ্জবিহারীনা সভাপতিদা পীশিনখি। ৱাফমদু পাথোক্লবদা ইউনিভর্সিটিগী ভাইস চান্সেলারনা হৌগৎতুনা প্রস্তাব অদুগী মায়োক্তা য়াম্না শাউনা পুংখায়মুক ৱা ঙাঙখি। মদুদা শিলোং টাইমসকী ইডিটরনা হংলকখি - প্রোপেজল অদু কনানা সেকেণ্ড তৌখ্রবগে? সভাপতিনা সেকেণ্ড তৌদ্রি হায়না ৱা ঙাঙনবা চুমদে হায়খি। মদুদা ভি সি অদু খর ইকাইখি।

কুঞ্জবিহারীগী নাকলদা ফম্লীবা 'অসমিয়া সপ্তাহিক' কী সম্পাদক্না ৱা খন্নবা য়ানবা "ঐনা সেকেণ্ড তৌরে" হায়রকখি। কুঞ্জবিহারীনা ৱাহৌদোক পীবা ওইনা হিন্দীনা ভারতকী রাষ্ট্রভাষা ওইরে হায়না য়ানদুনা লৈরবনিনা নাগরীলিপিবু রাষ্ট্রলিপি ওইনা পুখৎফম থোকই। মসিনা তোঙান তোঙানবা ভারতকী লোনশিং অমগা অমগা খঙহনবদা অচৌবা মতেঙ ওইগনি। উচ্চারন খোম্থোক্তসু নাগরিলিপি শিজীন্নবনা চুম্বা হেনগনি; বেঙ্গলী ময়েক্তদী খোম্থোক তোংঙল্লি। অসুম চৎথরক্লগা লৈবাক্কী একতা পুরকপদা য়াম্না মতেঙ ওইগনি হায়না ঙাঙখি।

মহাক্না হায়খি, মণিপুরী ঐখোয়গীসু ইশাগী ময়েক লৈজৈ 'অদুবু খুদোঙচাদবা লৈবদগী বেঙ্গলী ময়েক শীজিন্নরি - মদুদগী অমুক হেন্না খুদোং চাদবা কয়া থোকলে। ইবনা অমা ইরগা পাবনা অমা পাবা মওংদা লৈরে। অসমীয়াদসু 'স' বু 'হ' ওইনা 'য' বু 'খ' ওইনা পাবা অসিনচিংবা লৈরীবদসু নাগরিলিপিদা ইরবদি লায়না কোকহনবা ঙমগনি।

ৱাফমদু কোন্না অমুক খন্নরশি হায়দুনা সভাপতিনা য়ৈথোকখি। কুঞ্জবিহারীনা ঙসি রাষ্ট্রলিপি স্কুল্স (১৯৫৫) লীংখৎখিবগী মরু ওইবা ৱাফমশিংসু মথক্কী অসিনি।

## অঙাঙ/নহারোলগী থবক্তা

১৯৪৯ - ৫০ অদুৱাইদা কুঞ্জবিহারীনা 'চিঠি মরুপ' লিংখৎখি। মদুগী মেম্বর মশীং অসি লিশিং অমা হেনখি। ইম্ফাল সহরগী মাইকৈ খুদিংদগী পাখঙ লৈশাবী কয়া কয়া য়াউশিল্লকখি। মখোয়গী পুন্সীগী ৱাশক ওইনা সিম্বোল অমা তাশিল্লবা খুদুম মমাঙদা উৎলগা শেমদুনা লমচৎ শাজৎ ফজবা অচুম্বা ঙাঙবা, সেবা তৌবা, হোৎনবকনবা

অমসুং একতাগী ওইবা অর্থ-হন্দোক্লম্মী। থা - থাগী ওইবা মেগাজিন মখোয়গীদমক ফোঙবিদুনা মখোয়বু ৱারেং শৈরেং, ৱারী ইবনচিংবদা লমজীংখি। মাগী ইস্কোলগী লম্পাক্তা নহারোল ময়াম চাং নাইনা 'ড্রীল' তম্বীবা, থাঙ - তা তম্বীবা অসিদা নত্তনা ঈশৈ জগোয় তম্বীবা চখখি। খরা লৈরগা 'ঙসি চিলড্রেন্স ক্লব' হায়বা অঙাঙশিংগীতা ওইবা ক্লব অমা শেমখি।

কুম অমা 'ঙসি চিলড্রেন্স ক্লব' কী অঙাঙশিংনা ওল ইণ্ডীয়া রেডীওগী Open Broadcasting (Live) মপান্দা শিনবা থৌরম অমদা শরুক য়াখি। মদুদা পীক্লিবা অঙাঙশিংনা "চিত্রাঙ্গদা" হায়বা লীলাদু উৎখি। ঈশৈ জগোয় কয়াসু উৎখি। কুঞ্জবিহারী মশানা কোই অঙৌবা শম অঙৌবা হাপ্তুনা জোন জোন লাউবা ফী শেক্তুনা প্রোগাম কণ্ডক্ট তৌখি। মাগী মতৌদু উবদা মতমদুগী আকাশবনীগী ষ্টেশন ডাইরেক্তরনা অঙাঙগী থৌরমসি পুবীরো হায়না মঙোন্দা শীন্নখি। অসুম্না কুঞ্জবিহারী চহী অনীরোম Childrens Programme গী Compere তৌদুনা পুরম্মী। অঙাঙশিংদা কুঞ্জবিহারীনা তত্তনা হায়রম্বা ৱাফম খরদি (১) নিতীগী ডাইরী ইগদবনি; ডাইরী অদু ওজা নৎত্রগা অহললমন্দা উৎপা য়ানবা ইগদবনি; (২) ওইদবা ৱা খক ঙাঙলোইদবনি; ঙসি ঙাঙখিবদু ডাইরিদা ইশীল্লগা মতুং অমুক ঙাঙদনবা ৱাশক্কদৌবনি; (৩) শিক্ষা হায়বদি লমচৎ শেমগৎপনি; মরম অদুনা লমচৎ ফত্তনা মহৈ হৈগে হায়বা খক য়ারোই। অসিনচিংবনি।

মাগী 'চিঠি মরুপ' মেগাজিনদা মৈতৈগী ফুঙ্গাৱারী অমসুং অর্থ লৈবা পাখোঙ কয়া হাপলম্মী। লাইয়েকপবুসু য়াম্না পূক্লিং থৌগৎপীরম্মী। "ঙসি" খবরদাসু ইরাই খুথীং অঙাঙগী লামায় খাক্তুনা থমলমমী। মদুদা জেনরেল নোলেজ লৌশীং হেনগৎনবা মচাক কয়া হাপলম্মী। অঙাঙশিংবু ড্রামা শান্নহনবা, ডিবেট্টীং তৌনহনবা, শরীৎ শরাৎ তম্বীবা মখল কয়া লেপ্পা লৈতনা মহাক্লা লমজীংদুনা শীনখি। লম অসিদা কুঞ্জবিহারীগী দান তশেঙনমক য়াম্না চাউই। মতমদুদা অঙাঙশিংবু ফোন লৈবা মীশিংগী য়ুমদা পুবিদুনা ফোন তম্বীদুনা ৱারী শান্ন হন্দুনা ফোন করিনো খঙহনখি।

## জর্নেলিজমগী লমদা

ইং ১৯৩৮ দা মেট্রিক পরীক্ষা থারগা পাউমীগী শিনফমদা মায় ওনশিনবা হৌখি। রাজকুমার শীতলজিৎনা সম্পাদক ওইবা "তরুন মণিপুর", খরালৈরগা "মণিপুর মতম" গী মথঙ মথঙ সহসম্পাদক (সবইডিটর) ওইনা থবক পুখি। চেফোঙ অনীমক মতম শাংনা চৎখিদে। মথঙগী চহীদা (১৯৩৯) কুঞ্জবিহারীনা "মণিপুর পাউজেল" (চয়োলদা অনীরক) কৌবা বাই ৱিক্রী অমা, ইম্ফালগী পুলিসলেণ্ডদগী ফোঙখি। পাউ-চে অদুগী ইডিটর ওইনা কুঞ্জবিহারী ইহান হান্না জেল চঙখি। "মণিপুর পাউজেল" ফোঙবা লেপখ্রবগীতুংদা কলকত্তাদা ফোঙবা ইংরাজী খবর "হিন্দুস্থান ষ্টেণ্ডার্ডকী" কোরেসপোণ্ডেন্ট ওইখি। চহী অসিদা মণিপুরদা অনীশুবা নুপীলাল থোকখি। কুঞ্জবিহারীনা বোক্স কেমেরা অমা পায়রগা সিফাইশিংনা নুপীশিংবু ফুবা, শঙ্গীননা থিনবা অসিনচিংবা কয়া ফোটোনমখি। ফোটোশিংদু কলকত্তাদা মী ১ গী খুখাংদা থাদুনা মতম খরগী মনুঙদা রিপোর্টকা লোয়ননা ফোঙলকখি।

"ডিগবোয় ফায়ারিং" গী মতাংদা চীঙঙাসেসনগী ৱারেপ অমানা সরকারবু কন্না নিন্দা তৌখি। মদুগী ৱারেপ অদু 'মণিপুর পাউজেলদা' ফোঙবগীদমক পঞ্চায়েট কোর্টনা বিচার তৌদুনা কুঞ্জবিহারী থা ৬ থবক

শুবা জেলদা ফাদোক থমখি। কোর্টকী জেলগী থোংজীন ফাউবা নুপানুপী চা কয়াগা লোয়ননা 'বন্দে মাতরম" লাউদুনা চৎখি। জেল মনুঙদা ইরুজনবা খুদৈ পীদে হায়বগীদমক নুমিৎ মরীনি চুপ্না চারা হেল্লবদা ডোক্টর গোর্বদ্ধন লাক্তুনা "ফোর্শ ফীদ্দীং" তৌনবা থৌরাং তৌখি। মদুদা কুঞ্জবিহারীনা হায়খি" চাক লামলে চাগে হায়বনি অদুদা ইরুজনবা খুদৈ পীবিদদুনা চাক চাদ্রিবনি। নমদুনা পীজগে হায়রবদি চিনলোমদগীদি য়ারোই মাংই, পুক লেনখাইরগা পীজদৌ মঙাই।" ডাক্টর গোর্বদ্ধননা রিপোর্ট তৌরুদনা ম্যেকডোনেল্ড মশামক লাক্তুনা ফাদোক অতৈসু য়াওনা খুদৈ অনী অনী পীরমদুনা ইরুজরগা চাক চাখি।

জেলমনুংদা ডেঙ্গী নেত্তুনা ফৌ শুবনা মঙোন্দা পীবা জেলগী অহানবা থবকনি। নিনী নৈরগা মহাকপু অমুক থাউ শুম্বা য়াউহনখি। থাউ শুম্বগী কোলু থাংদুনা নৈনা চৎপা অসিনা জেলমনুঙদা খ্বায়দগী ৱাবা থবক ওইরমই। অয়ুক পুং ৮ দগী নুংথিল পুং ৪ ফাউ কোলু থাংদুনা লৈহনখি। খরা নৈরগা ফি শাবদা অমুক য়াউহনখি।

অতোপ্পা কেস অমদা, হৌজিক ইম্ফালগী ট্রেজরী ওফিস ওইরিবা জগাসিদা মতমদুদা (১৯৩৯) জুদিসিয়েল কাম্মিশ্নারগী ওফিস ওইরম্মী। কুঞ্জবিহারীগী মথক্তা বিচার অমা চথরমমী। দরেন্দ্র মেম্বরনা হংখি — "নিংথৌবু চৈতেক্কা অমহানি হায়দুনা লমশাং কৈথেন্দা তৌবা সভা অমদা ৱা ঙাঙলুবরা?" কুঞ্জবিহারীনা থৌৱা শাদনা খুমখি ঃ "ঐখোয়গী খবরদসু ফোঙখিবনি। মৈতৈগী অঙাঙশিংনা উরাউবী শান্নবদা চৈতেকপু নিংথৌ ওইহল্লগা, 'উ' হায়না তাল্লুরিবা অঙাঙনা চৈদু পুরক্তুনা য়ুম য়ৌনা চেল্লকপা ঙম্বদা পাঞ্জন চন্নৈ হায়বতনি।"

বিচারপতীনা মতুঙদা অমুক অদুশুম্বা ৱা ঙাঙলরোই লাল্লে হায়য়ু দণ্ডী কোকপীগে হায়রকখি। মেম্বরনাসু ইঙ্গিৎ তৌদুনা লাল্লেতং হায়য়ু থাদোকহল্লগে হায়বা মওং উৎখি। মহাক্না শুকয়া য়াখিদে। মদুদা থা ৬ জেল (থবকশুবা য়াউনা) চঙবা তারে। অরোইবাওইনা হায়নীংবা করি নৈরি হায়য়ু, হায়না হায়রবদা কুঞ্জবিহারীনা খুমই — "য়ুমদা চত্তুনা ইমা অমুক্তং খুরুম্মুখিগে," ময়াম্না ঙক্না য়েঙনখি।

পুলিস ময়ামগা লোয়ননা য়ুমদা লাক্তুনা মমাগী খোঙ পায়দুনা খুরুম্লগা, নুপী অঙাঙশিংদা চৎলগে হায়না হায়রম্লগা করিশু থৌশাদনা জেলগী যাত্রা তৌখি। নুপী অঙাঙনা পি ইরা চেন্না য়েঙহৌখি।

১৯৪৫ গী, অনৌবা প্রেস অমসুং পেপর ফোঙবগী পার্মিৎ নং (রঃ নং এ ২৪৯/৪৫ ফংদুনা উগী মেচীন্দা "ঙসি" মেগজীন অহানবদা থাখায়গী, খরা নৈরগা চয়োলগী ওইনা ফোঙবা হৌখি। ১৯৪৮ দগী প্রিন্টিং মেচ্ছিন সেকেণ্ড হেন্দ অমা শীজিন্নদুনা "ঙসি" নিতিগী ওইবা চেফোঙ ওইনা ফোঙখি। অহানবদা মশাগী য়ুমদা প্রেস ওইরম্বনি। অকোনবদা থাঙ্গাল বাজার (মতমদুদা মেক্কুরেল বজার) দা ভারাগী শঙ অমদা হোংজীন্দুনা ১৯৭২ ফাউ 'ঙসি' খবর ফোঙলমই। মহাক্কী 'কীটকী ফাগী" মীয়াম্না ঙসি ফাউবা নীংশিংনরি।

আসাম প্রেস এডভাইজরী বোর্ডকী মেম্বর চহী অহুম ওইখি। অহানবা চহীদি আর. কে. সনাহল বি ঃ কমঃ সরকারগী পব্লিসিটি ওফিসার ওইনা শিলচরগী মীটিং য়াওবা কুঞ্জবিহারীগা চৎমিন্নখি। মতুঙদদি কনা য়াউদনা মথন্ত চৎপা তাখি।

খবর কাগজকী শক্তিদা কুঞ্জবিহারী য়াম্না কন্না থাজবা থমখি। জর্নেলীজমবু 'ফোঠ ইষ্টেট' নি হায়বদসু মহাক্তি সেকেন্ড ইষ্টেট হায়বনা হেননা চুম্মী হায়না মত তত্তনা পীখি। নিংথৌনা য়াদবা চৎনবী শিংনবদা মাংজীন থাখি। হিঙ্খোলদগী তেরা য়ানবা ইহান হানবা নুপা হিজম শামুবু মণিপুর পাউজেলদা "তেরা রুংবা" হায়না মীংথোল পিখি। মতমদুগী চন্দন শেনখাই, পোত্থাঙ পুবা, অমিনগী য়ারেক শন্ত্রি অসিনচিংবগী ময়োক্তা কন্না লাউখি অমসুং ইখি।

মণিপুর পাউজেল (১৯৩৯ - ৪০) লৈরীঙৈদা মতমদুনা লৈরম্বা আইন কয়া শীংনদুনা থবক কয়া তৌখি। ককচিং, মোইরাং, ৱাংঙু, ময়াং ইম্ফাল, য়াইরিপোক, থৌবাল উয়াম মপাল, হৈরোক, নিঙেল, চন্দ্রখোং, মালোম, নম্বোল, তাউথোং, খুম্বোং, পাংশোই, তেরা কৈথেল, লম্ফেল মপান, লমশাং বাজারনচিংবা লমশিং অসি য়ৌনা, লৈখোম থোক্লবা লম্বীদা চৎতুনা মীয়ামগী মিটিং কয়া তৌদুনা আইননা থিংখ্রবা ইখোলদগী তেরাপাম্সী য়াম্নবা, পাৎ নৈদুনা ঙা ফানবা, খেরা লানবগী থোং বোইকোট তৌনবা অমাং অশেংগী পল নমখায়বা, চন্দন শেনখায় তোকপা, পোথাং পূব তোকপা অসিনচিংবগী ৱারেপ কয়া লৌদুনা আন্দোলনগী লম্বী য়াৎলম্মী। মতম অদুদা, কোর্টতা জবান পীবা মতমদা খুরু খুদক কুনবা অদুগা খুৎ লোন্নবা চৎনরম্মী। কুঞ্জবিহারীনা মদু থুগাইদুনা কোর্টতা লেপ্লগা জবান পীখি। মদুদা মেম্বর মশেল খৎনরক্তুনা বিচারদু পুংখায়মুক লেপ্পা তাখি। ঙসি খবর ফোঙঙৈদা (১৯৪৫ - ১৯৭১) টিকেন্দ্রেজিৎ নম্বর, খোংজোম নম্বর, স্বাধীনতা নম্বর হায়দুনা খোমজীল্লবা অখন্নবা চেফোঙ কয়া পুথোকখি। চহীগী ওইবা চৈরাউবা মশীং হায়দুনা অগুমলক ফোঙখি। শিল্পংগী এক্সিবিসন অমদা 'ঙসি' গী চৈরাউবা মশীং অদু উৎলম্বা থেঙনখি। "মণিপুর পাউজেল" গী ইডিটর ওইনা অহানবা জেল চঙখি। "ঙসি" খবরগী ইডিটর ওইনা ৩/৪ রক জেল চঙবা তাখি। জেলদা থা ৩ দগী ৬ ফাউবা মিয়াদ তাখি। জেল চঙখিবগী মরম খরদি ঃ "ডিগবোই ফাইরীং" গী মতাঙদা মহাসভানা অকনবা নীন্দা তৌবগী ৱারেপ খবরদা ফোঙবা। "মণিপুর নিংথৌবু চৈতেক্কা অন্মানি" হায়দুনা মীয়ামতীনবা সভা অমদা ৱা ঙাঙলুবা অমসুং খবরদা ফোঙলুবা। নুপীলালদা ফোটো নমলুবা। "চানীংমল্লবদি লেক্তুনা তোকই" হায়দুনা সরকারবু হুল্লগা ইরুবা। মণিপুরদা বেঙ্গলদগী আর্মীন ১০০০ পুশিল্লরুবা সরকারনা হোৎনরকপদা য়ানীংদবা ফোঙদুনা সরকারবু সমালোচনা তৌরুবা। ইকোন কোনবা বেঙ্গলদগী অর্মীন ময়াম চঙলকপা থিংনবগী ৱারোল ইরুবগী জেল চঙবদদি (১৯৫৮) মীয়াম হৌরক্তুনা বাজার বন্দ তৌনখি স্কুল কলেজ ওফিস হড়টাল তৌনখি। কিরদুনা বেঙ্গলী কয়া ইম্ফাল থাদোক্তুনা চেন্নখি।

মাগী খবরগী "ইডিটোরিয়ল" মীয়াম্না য়াম্না পাম্নে। মাগী খুৎইদি শম্না শম্না, পরেং শাংদনা ইরগা ৱাহে খঙীক্তুনা অকনবা শাফু পীবা মওংনি। মাগী ৱাখল্লোনদি সত্য, অহিংসা অমসুং ত্যাগতা চাং ওনবা লোয়নন্না গান্ধীজীগী নীতিদা য়ুমফম ওই। মতম অয়াম্বাদা সরকারগা য়ানখিদে, খুদোং চাবা মাঙজখি। খবর ফোঙবা হৌগৎলকপদা কুঞ্জবিহারীনা অঙকপা চাংয়েং অমা তৌখি। ইম্ফালগী চিদাই খরদা উপু থেৎতুনা মদুদা "Give & Take" হায়না থারগা খবর কোপিশিং থমখি। খবর পানীংবশিংনা পৈশা ৪ থাদরগা খবর কোপি ১ লৌদুনা পানবনি। মফম অয়াম্বাদা পৈশা ইথা থারমদে। চেক, নুং মচেৎ থাদরম্বা য়াউরম্মী। অদুগা খবরদি অদুম লৌনখিরম্মী। কুঞ্জবিহারীনা হায় —লোইনামক পৈশা থাদরমদবদি নত্তে। খবর কোপি চামদা পৈশা থাদরম্বা মী ৯ দি য়াউরিদনা, করিশু কায়দে । ঐ মাইথীদ্রী। কুম অমা টিকেন্দ্রজিৎ পার্ক ময়াদা প্লেকার্ড থেৎলগা ফিঙাং শেৎপা মী খরা চরা হেল্লমই। ৱারোলদি — শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারিকাগী নিংথৌনি অদুনা লাইনি, শ্রীরামনা অযোধ্যাগী নিংথৌনি মহাকসু লাইনি। বোধচন্দ্রসু মণিপুরগী নিংথৌনি অদুনা লাইনি। মাবু লৌথোকপা য়ারোই অসিনি। নুমিৎ হুম্নি শুরবদা কুঞ্জবিহারীনা 'ঙসি' খবরগী ইডিটোরিয়লদা ইখি ঃ চরা হেনবীরিবা মীওইশিংগী পুক্লিংদা করম্বা শান্তিগী ৱাখল ফাউবীরকপগে? নৎত্রগা, অৱাবা অরাম্বা শাউনীংবা ফাউবীরকপরা? অশেঙবা সত্যাগ্রহ ওইরবদি পুক্লিংগী শান্তি শুক্কাই কাইরোই। অমুক্তং হন্দোক্তুনা খন্থবীখিবনা ফরি।

নুমীত্তুগী নুংথীল কুঞ্জবিহারীনা প্রেসতা চঙলকপদা ফীঙাঙ শেৎপা কাংবুদু মাবু ঙাইদুনা লৈরম্বা থেংনখি। কুঞ্জবিহারীনা কনালৈ ময়ামগী চা লৈরু হায়বদা মখোয়না ঙাসাইনা অদোম্বু ঙাইনা ঙাইনা চা থকচরমলে হায়রকখি।

মাগী 'ঙসি' খবরদা চয়োল খুদীং মতমদুগী অফাউবা নিমাই পাঞ্জীনা 'চয়োলগী রাশিফল' হায়দুনা রাশিফল চাংনাইনা নোংমাইজিং খুদীং হাপলমমী। মদুসু মীয়ান্না পাম্নখি। মহাক্না হিন্দী প্রচার কন্না তৌরকপা অমসুং নাগরিলপি শীজীন্নবা অকনবা ইহৌ অমা শাগৎলকপদা মাগী খবরগী মমীং নাগরি লিপিদা ওনথোক্তুনা থাখি, ইডিটোরিয়লগী শরুক খরদি নাগরি লিপিদা ইখি। মতম মতমগী শাসন পুরিবা সরকারগা অয়াম্বা মতমদা য়ানরক্তবা থোকপদগী সরকারগী এডভেটাইজমেন্ট, টেণ্ডার অসিনচিংবা হাপ্পবগী খুদোংচাবা হেক হেক ককখি। অসুন্না মহাক্না সেলথুমগী নাকলদা থৌশারুদবনা মরম ওইদুনা মাগী চেফোঙ শিথরকখি অকোনবদা ১৯৭১ -৭২ দা, প্রেসকী মেছীন অমা শোৎলুবগী পৈশা শুনা থিদে হায়দুনা লদুলাল লৌবা নুপা অমানা কেস তৌরক্তুনা মাগী চেফোঙ লেপ্পা তাখি। মরক্তা অমুক হন্না ফোঙনবা কন্না হোৎনখি অদুবু শেলথুম লৈতবনা মরম ওইদুনা থম্মোয়দা পেন্দবা মৈরী অমা ফুমদুনা পুন্সি লোম্বা ঙাইখি।

১৯৭৫ অদুরাইদা হিন্দুস্থান সমাচারনা কুঞ্জবিহারীবু মণিপুরগী লময়ানবা পাউমী অমা ওইনা ইকায় খুম্নবা উৎখি। 'অভিনন্দন পত্র' অমগা লোয়ননা ফীজোন হোংখি। ১৯৮৩ দা মণিপুর জনেলিষ্ট এসোসিয়েসননা মাবু ইকায় খুম্নদুনা শেল ওইনা লুপা ১০০০ গা ইকায় খুম্নবগী চেরোল অমগা পীখি। ১৯৯২ দা মণিপুর সরকারনা ষ্টেট জনেলীষ্ট অৱার্ড পীখি।

জি. সি. তোংব্রাগা লোয়ননা শিলচরদা ড্রামাগী থৌরম খরগা মরী লৈননা চৎলুবদা মফমদুগী ওজা ময়াম্না ইকায় খুম্নবা উৎতুনা অভিনন্দন পত্র পীরকখি খুদোল খরসু তম্নকখি।

কুঞ্জবিহারী জর্নেলীষ্ট অমা ওইনা ইবাখোৎপদা হৈশীংবতা নত্তনা ভাষন পীবাসু য়াম্না হৈবা মীশক ওইরম্মী। মহাক্না ঙাঙবা তাবদা তারীবশিংনা য়াদা হয়ীং চংবা খঙহৌদে হায়নখিবলৈ। প্রমান পাম্থে নীংথিনা তৌবা ঙম্মী। ফাগী তৌদুনা মীবু নোকহল্লগা হায়নীংবা রা নীংথিনা ফোঙবসু ঙমমী।

## কলাকার অমা ওইনা

১৯২৭ তগী কুঞ্জবিহারী ড্রামা য়াউবা হৌরকখি। কৈশামপাৎতা শান্নখিবা 'রুপ সনাতন' অমদি 'প্রহলাদ' কৌবা নাটকশিংদা খোল য়ৈদুনা শারুক য়াবা হৌখি। 'সতীবনবাস', ভক্তচন্দ্রহাস, অলেকজেণ্ডার, সাহজহান, সতীখোঙনাং, রানা প্রতাপ, নরসিং নচিংবা লীলাশিংদা মখল মথেল শরুক য়ারকখি, সতী খোঙনাংদদি মশামক্না ডিরেক্সন পীখি। সোসাইটী ঠিয়েটরনা অহানবদা নেসনেল ঠিয়েটর কৌরীঙৈদা 'লুদা মী চঙবা' অমসুং 'দীনবন্ধু' হায়বা নাটক অনীদা কুমখি। মতুংদা জি. সি তোংব্রানা ইবা Society Theatre গী লীলা কয়াদা মরু ওইবা শরুক য়াখি। পনবা য়াবা লীলাশীংদি ঃ মেত্রীক পাস, হেলোইনা পুবা, দশা চহী মঙা, ঙবোং খাউ, চাননবা খাইনবা অসিনচিং বনি। পনবা য়াই ১৯৫২ - ৫৩ অদুরাইদা সোসাইতি ঠিয়েটর কুঞ্জবিহারীগী মখা শঙ্গোইদা লৈরম্মী। খবরগী থবক লৈবাকক্কী অমসুং নহারোলগী থবক থৌরম কয়া তৌনা তৌনা মহাক্না তোংব্রাগা পুনদুনা লীলা কয়া তম্বীবা পুথোকপা য়াউরম্মী।

১৯৫১ দা ইম্ফাল জেলদা লৈরিঙৈদা 'পাউনা' কৌবা লীলা অমা লেঙলগা মশানা ফাদোক ময়াম্বু তম্বীদুনা জেলমনুঙদা শান্নখি। অঙাঙশিংগী ওইবা লীলা কয়া ইখি অমসুং তম্বীদুনা শান্নহনখি. পনবা য়াবদি ঃ 'চিত্রাঙ্গাদা' 'খুড়ামচা' 'পেবেটকী রারী' অসিনি। রেডিওদা মণিপুরী থৌরম গৌহাটিদগী শন্দোক্লি ঙৈদগী হৌনা অঙাঙশিংগী লীলা ঈশৈ নোংমাইনচিংবা ইহান হাননা হৌদোক্তুনা শন্দোকখিবসু কুঞ্জবিহারীনি।

## সাহিত্যগী লমদা

সাহিত্যদাসু খুৎ থারমম্মী। লাইরীক য়াম্নাদি ফোঙলমদে। শৈরেং, ৱারেং, ঈশৈ মতম মতমগী চানবা য়েংদুনা ইখি। মাগী খবরদসু মরক মরক্তা শৈরেং হাপখি - মদু মতমদুগী নৈনবা য়াবা ৱাফম সামাজিক ওইবা কয়াগী মরীদনি। 'সাহিত্য পরেং অহানবা' অমসুং 'অনীশুবা' মথঙ মথঙ পাঠ্য পুস্তক ওইনা ইখি। মদুদা ৱারেং শৈরেং কয়া মশানা ইখি। অতোপ্পগীসু হাপখি। জেল মনুঙদা লৈনা লৈনা হিন্দীদগী "বেতাল পঞ্চ বিংশতী" মৈতৈলোনদা অনুবাদ তৌখি। অদুদা নত্তনা ইংরেজীদগী "গ্রামস্বরাজ" অমসুং একাদশী ২৬ কী ৱারী ইখি। চাংয়েংগী ওইবা ৱারীমচা কয়াসু ইখি। ফোঙখিদবা কয়াসু য়াউখি। "অঙাওবী" ঐগী নুপী, "রাখী" তোর্ব্বান নীংখায়বা' "লাইহোরী" অসিনচিংবা পনবা য়াই। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী ইহান হানবা সভাপতি ওইরম্মী।

কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ মণিপুরগী খ্বাইদগী লিরবা সাহিত্যগী সংস্থান - মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী কার্য্যকারী সমিতিগী সদস্য ওইনা থবক কয়া তৌরম্মী। খৃ. কু. ১৯৩৮ তগী১৯৪৮ ফাওবা অমসুং খৃ. কু. ১৯৫২ গী কার্য্যকারী সমিতিদা য়াওদুনা সাহিত্যগী সেবাতৌরম্মী। কবি সম্মেলন কয়াদসু মাগী শৈরেং ঈশৈ ওইনা শকখি।

## অরোইবা খোঙচৎ

অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা কুঞ্জবিহারীগী মফমদা থোইনা খেন্নবা লৈতে। অৱাবা থেংখাঙ কয়ারক থেংনখি। সংসারিক ওইবা মীৎয়েংদা নুংঙাইবা (য়ুম-কৈ চাউনা শাবা, ইপ্পোল, লৌ লেপ্পা অসিনচিংবা) মহাক করিমত্তা কল্লকখিদে।

১৯৭১দগী খবর ফোঙবা লেপখিবদগী, চহীনগা য়ামশিল্লকপনে, লাইনীংবরোমদা পূক্লিং চঙশিনখি। লৈকায়গী মাঙবশিংদা গৌড়িয়া ঈশৈ শকপা, আরতি কৎপা, কাং ঝুলোনদা 'জয়দেব' চোংবা, কীর্ত্তন কৎপা অসিনচিংবা মায়পুননা পুদুনা লেনখি। অতৈ অহাঙবা মতমদা লাইনীংবা সাধু অমগুম ধ্যান্দা লূপ্পুনা লৈ। অশাওবসু লৈখিদে, নোংমতা মচা-মশূদা চৈ-থাংবা তাবা ফংখিদে। মী খুদীংমক অচৌবসু-মচাসু চপ মান্নৰা নুংশিনা কৌই, লোয়নৈ।

অকনবা অনাবদি লৈখিদে। ১৯৯৫ গী কাং মতম য়ৌরকপদা কুঞ্জবিহারীনা জয়দেবগী ঈশৈ পুগনি খন্দুনা বামন অহলশিং ঙাইদুনা লৈনৈ। নোংমদি 'বাথরুম' চঙবদা মনুংদা তুশিন্দুনা নূংগী ফক্লাংদা কোক য়ৈখি। মদুদগী জ্ঞান তাদনা নুমিৎ খরনি লৈরম্লগা জুন থাগী তারীখ ২০ লৈবাকপোকপা নুমিৎতা তাইবঙ থাদোকখি।

হিংলিঙৈদা শক্লম্মী—

*"নহাক্কী নয়ুমদা নুংঙাইনা থম্বিদা*

*য়াইফৈ নঙদি য়াইফৈদা*

*ঐহাক্কী থৱায়সে নহাক্কী খূদোলনি*

*য়াইফৈ নঙদি য়াইফৈদা।"*

নুমিত্তুদি মহাক মশাগী অশেংবা য়ুমলোমদা খোঙ থাংজিনখ্রে। তাইবঙগী 'নুংঙাইরবা' য়ুমসিদি মহাক্কী

অশেংবা নংলমদ্রে। তশেংবমক, মহাক থম্মোয় শেংনা মীয়ামগী সেবা তৌজরম্বা, অচওবা সমাজ সেবক অমনি। অতাওবা মীশক অমনি।

মহাক মশানা অচুম্বনি খনগ্রবা থৌরম অমা, মাগী তুং ইনবিনবা মী য়াওরবসু য়াওদ্রবসু অচুম্বদুদি তৌগনি হায়না পূক্লিং হনবা লৈতনা হোৎনবা মীশকনি মহাক্তি

*"যদি তোর ডাক সুনে কেউনা আছে*
*তবে একলা চলরে*
*একলা চল একলা চল একলা চলরে।"*

*— রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর*

হৌজিক লৈহৌরিঃ মাগী লুখ্রা ওইহৌরবী সহধর্ম্মিনী, মচানুপা মঙা অমদি মচানুপী অহুম অমসুং 'ঙসি' রাষ্ট্রলিপি স্কুল্স।

(খোমজিনবা অমসুং ইথোকপা — কে. সি. নন্দ)

---

EDITORIAL

# MANIPUR MAIL

Sunday 25 June 1995

## LATE KEISAM KUNJABIHARI SINGH

The late Shri Keisam Kunjabihari Singh was one ofthe most distinguished and committed pioneers in the field of journalism in Manipur. His activities in this field began in the late 30's. After the Second World War his "Ngashi" took birth to create a big name formany decades both as periodical for sometime and a leading daily. He was not only a journalist but also a Gandhian and political activitist. He was a political reformer associated with the Nupilal episode and the pre war political awareness campaigns. During his hey days he was totally opposed to any policy or programme of the government which looked oppressive and anti-people. With a sound knowledge of the local conditions he was vehement in his criticism against autocratic tendencies of the state government under different regimes. He was never enamoured of personal gains and advantages throughout his successful journalistic career. He gave training facilities to promising youngsters with flair for writing through his columns. On top of this Shri Kunjabihari Singh was deeply involved with the Monoharsai Sankirtan movement. He could play Khol and sing the traditional Monoharsai Sangeet. His late elder brother Oja Biswaroop Singh was an unchallenged maestro in 'Khol' and an exponent of the Monoharsai Sangeet. He was a social Recolutionary . During the time when social trends ostracising families and individuals on religious and customary grounds were on the rise he and his companions took leading role to come to the recsue of the families and individuals in trouble. Full of wit and humour his speeches were popular. He was a prominent leader of all social reforms and political movement of his times. He will be remembered for all these qualities and contributions. His death has created a vacuum hard to be filled up. May his soul rest in peace.

---

*কৈশাম (কাকা) কুঞ্জরিহারীনা লৈখিদ্রবদা মাগী যুমদা নুংঙাইতবা ফোঙবা মী কয়া লাকখি। মখোয়গী মনুংদা খরনা 'কোণ্ডোলেন্স বুক' হায়বা বোই অমদা মাগী মাগী অনীংবা লৈখিদ্রবগী মরমদা ইরমই, ফনা য়ামই, চে ওইনা থাবীরকপসু য়াউখি। মদুগী মনুংদগী ৪/৫ দং লৌখৎচরগা ফোঙজরি ঃ-*

ঐনা জ্ঞান হেক তারকপদগী খঙলকপা মী খরা হায়রবদি হিজম ইরাবত ওজা কুঞ্জবিহারী মখোয় অসিনি। ছাত্রগী মিটিংদা অন্দোলনদা লৈবাক্কী থবক্তা ওজা কুঞ্জবিহারী নীংশিংলকই। মহাক থেংনদবা লৈতে। হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী পুক্নি ংদা ৱাখন্দা য়াওখ্রবা নুপা অমনি। ঐখোয়গী মণিপুরদা মহাক শোয়দনা ফাওরে। মী অয়াম্বদসু ওইরমগনি।

*সমরেন্দ্র য়াইস্কুল*

ঐহাক্কী পুন্সীদা খবরদা চহী ৪০ দগী হেন্না কলা অমসুং সংস্কৃতিগী সমালোচনাদা চঙশিঞ্জরকই। মসি লৈখিদ্রবা ইয়াম্বা কুঞ্জবিহারী সিংহনা থৌগৎপিবননি হায়জনীংই। মহাক্কী খবরদা মরু ওইনা "ঙসি" খবরদা চহী কয়ামুক তিন্নজরকই। ঐহাকসু ইনীংবমখৈ ইহল্লি— কৈদৌঙৈদসু সেন্সর তৌদে। মসি কাউওমদবা পুন্সিগী মতেক অমনি।

লৈবাক্কদি চিংনবা লৈতনা খঙনরি— লৈখিদ্রবা কুঞ্জবিহারী — নীংতম লান্মীনি, চন্না লেনবা গান্ধীজীগী আদর্শদা লেনজখিবা মীওইনি। থৌনা ফৈ-ইজ্জৎকা লোয়ননা মতম পূম্বদা লেনজখিবা পুন্সীনি।

মপূং ফাগ্রবা পুন্সীনি। অমর ওইরবনি। মিংচৎতগী মহাক্না হেন্না চাউবনিনা চৎখিবা তাবনি।

*এলাংবম নীলকান্ত*

ঐগী মরুপ অমসুং শ্রৈগা জনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস ফাইভতগী মেত্রিক ফাওবা তম্মিন্নরকপা মতুংদসু মাগী ঙসি খবরগী নম্ফম চিত্রাঙ্গদা প্রেসতা নুমীৎ খুদিংগী নুমিদাংৱাই ফম্মিন্নদুনা তিন্নরকপাঁ কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ লৈখিদ্রে' হায়বা খবরগী থোঙদা খঙবদগী থম্মোয় শোক্লা নুঙাইখিদে। মতম অদুগী ৱাজনীতিগী অকনবা লুচিংবা ওইরম্বা, লৈবাক্কী শেঙ্গা-থুমজা অমদি মতম অদুগী ৱাথৈশেনগী মরমদা সরকারগী মায়োক্তা মানা এডিটর ওইরিঙৈ কন্না ইখি। মাগী 'ঙসি' খবরগী কীতকী ফাগি হায়বা নুমিৎ খুদীংগী ইবা অদু পানীংবদগী মাগী 'ঙসি' খবর অসি মতম অদুগী খ্বাইদগী হেন্না চৎপা খবর ওইখি। পূং-ঈশৈসু য়াম্না হৈ মাগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈনবা শ্রীগোবিন্দদা প্রার্থনা তৌজরি।

*শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ*

উরিপোক

শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ ঐগী নুংশিবা মরূপ অমনি। মহাকপু ঐনা খঙবসি, মহাক্না জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেবেন তম্লিঙৈ মতমনি। মণিপুরদা অহানবা কস্তুরীচান্দগী সিনেমা হোল অমা পাউনা বাজারদা লৈরম্মী। মতম অদুদা সিনেমা অসিনা ঐখোয়গী মীতৈ লৈবাক্কী শেঙ্ছোক লৈজদবা লায়রবা লৈবাক্তা লৈরবদি শেন-থুমগী ফীবম হায়নীংঙাই লৈতনা ফংলোই, খ্বাইদগী মরু ওইবদি মীতৈ ঐখোয়গী কলচরদা অমাঙবা ওইগনি; সিনেমা অসি বোইকোত তৌবগী অকনবা ঈহৌ শাগৎতুনা, মহাক মশানা লুচিংদুনা প্রোসেসন লমজীংদুনা অচৌবা আন্দোলন হৌবদা অচৌবা থৌদাং লৌরকপা মীশকনি।

মরূপ কুঞ্জবিহারী মণিপুরগী ২ শুবা নুপীলান্দা, অকনবা শরুক য়ারকখিবা, মশানা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবা পাউজেল চেফোঙদা অঁকায়বা ই হায়বগী মহাকপু ফাদুনা জেল পীখি। চীংঙাদা ফমখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা ফম্বদা, 'রাজনীতি দল' ওইরে হায়না মহাসভাকী মিং নিখিল মণিপুর মহাসভা হায়না ওনখিবা সেসন অদুগী ভোলুন্টিয়ারগী লুচিংবা অমা ওইখি।

মরূপ কুঞ্জবিহারী জননেতা ইরাবোতকী অচেৎপা থাজবা মীশক অমা ওইরম্মী। রাজনীতিগী ৰাখল্লোন খেন্নবদগী, মহাক্না কঙ্গ্রেসতা লৈহৌরবসু, জননেতাগী লমজীংদি অকনবা য়ানীংদবা লৈখিদে।

ঙসি খবর চেফোঙদা, মণিপুরীশিংনা ষ্টেট ওইদ্রিঙৈদা, নন-মণিপুরীশিংনা মণিপুরীশিংবু থৌওইবিদবগী মরমদা ইরুবদগী জুদিসিয়েল কমিশনার কোর্টন জেল পীখি।

মণিপুরগী আইন সভা তানবগী আন্দোলনগী ঈহৌদা অচৌবা থৌদাং লৌরমখি। ঐ ইশা য়াওনা দিল্লীদা দিলেগেসন অমা শোক ১৯৬০ দা লূপতা য়াওখিবশিংনা মনুংদা শর্বশ্রী লাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ এক্স এম পি, দেলিগেসন লিদর মিঃ রিশাং কৈশিং, কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, লাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ, এডিটর প্রজাতন্ত্র, সোয়াম ছত্রধারি সিংহ (কম্যুনিষ্ট), আর কে মণিসনা পি এস পিশিংনি।

দেশ সেবক ঐগী মরূপ শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ লৈতবসি ঐখোয়গী ইরমদমগী চাউবা মাঙজরবনি হায়না লৌই।

*সোয়াম ছত্রধারি সিংহ*

তাং ২৩।৬।৯৫ ইং

# *হরে কৃষ্ণ*

মমাঙ থাগী ইয়াম্বা ঐখোয়গী লমজীংবা ওইবিরম্বা কৈশাম কুঞ্জবিহারী মিংগৌরম্বা হৌজিক্লা স্বর্গবাস ওইখ্রবা মহাক্কী স্মৃতিদা শ্রীহরিগী চরনদা চঙজদুনা লৈখিদ্রবগী আত্মা শান্তিগী প্রার্থনা কৎচরি। পোকপগী মহয় য়ানখ্রবা তাইবঙ থৌদাং ফজনা পাঙথোক্লম্বা অরাংবা ফিদম তুং ইন্না পুন্সী লেনখ্রবা অতাঙবা মপোকনি। ইংশোক ১৯৪৬ কী মতমদগী ইয়াম্বা বৈষ্ণবকী তুং ইন্দুনা লাইরিক নম্বা পত্রকারগী থবক তৌবা তমজখি। ১৯৫৬/৫৭ ফাওবদি নকশীন্না তুং ইঞ্জহৌই। তমনীংঙাই ওইবা পুন্সীনি। পত্রকারী, চাং নাইনা পাঙ্গল প্রভাব য়াওনা, ফিদম অমদা তৌবা হায়বসি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদদি ইয়াম্বা বৈষ্ণব অসিনা হৌদোকপনি। মোত ফোঙদোকপদা অকি-অখং লৈতবা চীরোল-খারোল হৈতবা য়ানীংদবা ফিরেপতা থক খোঙ থাংজিন্দবা, ফাগি, অরায়-অখুম হৈবা প্রমাণ পাম্থে

শীজিন্নবা হৈবা ইয়াম্বা বৈষ্ণবকুম্বা তাঙঙি। ঙাওখ্রবা হায়না-তানা য়াখিদ্রবা লম হেনখ্রবা মরূপ মরিনা ১৯৫০ দগী চিত্রে, বীরেন, তোম্বীচান্দ (চিত্রেশ্বর, বীরেন্দ্রকুমার, তোম্বী, ব্রজচান্দ) মিং অমত্তদা লাইরিক ইবা ফোঙবা তৌজখিবা নুপী 'চিঠি' হায়দুনা ৱারী মচাগী লাইরিক ফোঙজখিবদা বৈষ্ণব অসিগী থৌজাল পাউতাক মতেঙ য়াম্না য়াওখি কাউবা য়াবা নত্তে। ঐখোয়না ইয়াম্বা বৈষ্ণবকী প্রেসতা পূঞ্জরগা থবক নোম্লিঙৈদা ১৯৫০/৫১ গী চহীদা বীর টিকেন্দ্রজিৎ দে হৌদোকচরম্বনি। হৌজিক্তি লৈবাক্কী নুমিৎ অমা ওইখ্রে। ইয়াম্বা বৈষ্ণবনা সংকীর্ত্তন্দা থরায় য়াওবিরম্বা নীংশিংজরি। নহা-অহল মীরোল পূম্নমক তিন্নবা য়াখিবা বৈষ্ণবনি। শ্রীহরিগী কৃপাদগী বৈষ্ণবকী আত্মানা শ্রীহরিগী চরনদা শান্তি ওইনা চঙজবা ফংসনু।

*শ্রীএন তোম্বী সিংহ*

মতম অমগী অদগী তুং ইনবা ওইখিবা মমাঙ থাগী মণিপুর সরকারগী মন্ত্রী,

মমাঙগী এম পি হৌজিক্তা মণিপুর মেলগী সম্পাদক

শ্রীকাকা কুঞ্জবিহারী কৈশাম লৈখিদ্রে তায় নুমিদাং ঐ চাক চারিঙৈ। ইচা অমনা তম্বরা করিনো? ঐ ব্লদ প্রেসর লৈবনা খংনুং নুংঙাইতবা থূক লাউবা অমা ফাওখি— চাক চঙখিদে।

চহী ৭০ থোমজিল্লক্লবদি ঙস্মগা নুপী অতোনবী মশা ফরিবা অমা থিবা নৎত্রগা লোইবা, সেবা তৌবিনবা থম্বা ফৈ। হান্নগী নুপী লৈরবসু মচা-মশু লৈরবসু সৈবা তন্নে-থৌশানদে তল্লি। কাকাগীদি থোইদোকপা পিবা, মচা-মমৌ য়াম্না নাংথিনা লৈবনা ৱাৎখি হায়বা য়াদে।

ৱাদি তুদনবা অহল ওইরক্লবদি চেকশীল্লু শেন্নৌ হায়নৈ: তুদবা য়াদবনে নোংম-নোংমগী খরা খরা সুম সুম শোঞ্জিল্লক কর্ণগী কাংখোঙনা চেকশিন্নীংবা কান্দা পুৎথরকপগুম জ্ঞান মাঙশিল্লক, ইন্দ্রি পূম্বা শোঞ্জিল্লক, হকচাং কয়াৎ পূম্বা শোঞ্জিল-তন্থরক, স্ত্রাইক তৌনরক, দণ্ডীনা তুদবা য়ারক্লবা, থাম্বা ঙমহৌদবা মতম লাকপনি।

হনুরবা, থাবল চোংনীংদ্রবা, জয়দেব চোং খূবাক ঈশৈ, খিচুরী য়েংনীংদ্রবা, তন্থরক্লবা, হনুবা ঐখোয়বু কন্নানসু পাম্মুফম থোক্তে। শিজখিগনু, শাউবিনু ছুটি লৌখিবদু ৱারবনি পোৎথারুসনু, খরা লৈরগা অমুক মশা কন্না হল্লকখিনি। অরেম্বদা মাগী কর্মদা, নামাদা হাওনা চানবা শেল তিংহনবা ফত্তে। মাবু লৈবাক্তা মশক মুন্না খঙবিখিদে। মতীক-চানা ইকায় খুম্নবিখিদে। ঐ খঙঙি, মদুইদমক ঐ খরা শাউনীংঙি। মতাৎপুদি তৌনৈ, চীন্না থাগৎখি, পেন্সনসু থেঙনা খরদং পীবিখিত্রা?"লৈবাক্কী সেবা শেংনা তৌজরম্বা মীঙোন্দা পঙকায় কায়দবা ইনাওনি। পূক্লিং মরা তপ্না নোংথক্তা পোৎথারুসনু মতম ঙাই হান্না লৈরম্বা খঙন-চান্নখিবশিংনসু তরাম্না ওক্লম্নী। য়ারগদি লীলা পার্টি লিংখৎ, শান্নবা হৌরমসনু ঐখোয়সু তন্লে, শোন্লে। অদোমদা লীলা য়াওররনি। এদমিসনবু শেল কয়াম তিংলমনি?

য়ারবদি পাউ থারক্লবা ইঙ্গিৎ তৌরক্লবা হোৎনরকউ কাকা। অহোঙ-অচাও, ওইজ-ওইথক সোমদগী খোম্মগা অদোমদা কান্নগদ্রা? লমদুই মপূ ইঙো, 'সার', করিগুম্বা থবক য়াম্না চিনবিদ্রবদি ঐখোয়না চঙজহনখিবা কাকাদুই কর্মশিংদু বিচার তৌবিরগা খরা ফবা ক্লাসতা থম্বিনবা খুরুমজরি।

*গীতচন্দ্র তোংব্রা*

৩।৭।৯৫ ইং

# শ্রীকৈশাম্ কুঞ্জবিহারীগী মরমদা ঐনা খঙ্জবা খরা

*ওজা ইবোমচা*

"শ্রী কৈশাম্ কুঞ্জবিহারী কৈরোই লৈকাইদা নহারোলশিংনা 'কাকা' হায়না কৌনৈ। মহাক্না হেক্ পোকচবা মচাশিংনসু 'কাকা' হায়না কৌই। অঙাংশিংবু য়াম্না লুনা তৌই। মমা মবগুম্না রারী-রাতাই শাবা হে। নহারোলশিংবু শেমগৎ শাগৎ পদা লোইন্না মহৈ-মশিং হৈনবা হোৎনবদা মথৱাই য়াম্না য়াওই। 'ঙসি ' খবরগী য়ং-লাওনা ইডিটর ওইরিঙৈদা মণিপুরদা 'Pen-Friend' হৌদোক্খি। মতম্ অদু চাওরাক্না ইংশোক ১৯৫৪-৫৫ গী মতম্দা। ঐ ইশামক উচচ প্রাইমারী ক্লাসতা লৈরি।

অথাপ্পা অমদি অনক্পদা লৈবা মরুপ মপাংশিংগা টিঠি ইনবা তম্বাখি। মতম অদু হৌজিক্কী মতমগী অসুম্ হায়না মণিপুরগী Telephone পুশিনবা ইম্নুং মশীং য়াম্দ্রি। ঐখোয় ছাত্র থরনা লৈখিদ্রবা শ্রী সিনাম কৃষ্ণমুহোন (M.P) গী য়ুমদা, থরা অমনা রাজকুমার সনাহল , বি, কোমগী ইমুংদা, থর অনা "ঙসি" খবরগী প্রেস চিত্রাঙ্গদা প্রেসতা, অসুম হায়না অঙারশিং Telephone দা রারী-বাইতা শানবা, ঈশৈ শকপা অমদি মানা মানা নীংলিবা Telephone গী খোংদা ফোংংলোক্পা ইহান-হান্না তম্বাখি।

মসিদা নত্তনা "The Aryan Theatre" থোন্দা ঐঙ্গা ললিত মাধব শর্ম্ম (M.P) না সভাপতি ওইদুনা অঙাংশিংগী Cutural Activites কয়া উৎখি। মীমাং-থোকপা না ঙাংবা তম্বাখি। ঐ ইশামক particiapte তৌখি। 'কাকা' বু মশক্ খঙখি।

ইংশোকা ১৯৬৪-৬৫ গী মতম অসুরাইদা ঐ ইশামক "Ngasi Rastralipi High School" গী অহানবা Head Master ওইদুনা কাকাগা থবক তৌমিন্নবা হৌখি। মতম অদুদা কাকা না School অসিগী Founder Secretary ওইখি। ঙসি সরকারগী ওইবা High School অসিগী Infra-Structure য়াম্না ফিবম শোক্না লৈরম্মী। খুদম্ ওইনা হায়রবদা 'কাকা' গী ইমা কুপ্পা য়ুম অদুগী মাঙ্গোলদা Head Master গী Office ওইখি। য়াম বানা স্কুল অসি চাওখৎলকনা থৌদাং লৌমিন্নখি। 'কাকা' না ঐঙোন্দা মানা পামজরিবা স্কুল অসিগী রাখল্লোন ফোঙদোকখি। সামনা রাংনা আশা তৌখি। রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'বিশ্বভারতী' গুম আশা থম্খি। অদুবু লাইবক থীবদি Finance কা রাফম্মী। ' Three Language Formula হৌদোকখি। বেঙ্গলী, হিন্দী অমদি মৈতৈময়েক তম্বীবা হৌখি। 'কাকা' না য়াম্না পামজবা মদুগীদমক্ মতম কয়া মাঙজখিবনি 'রাষ্ট্র ভাষা' হিন্দীনি। মশামকসু প্রচারক ওইনা থবক তৌখি। ঐজ্ঞা ছত্রধ্বজ শর্ম্ম য়াম্না তোইনা ক্লবদা লাকই। হিন্দী ময়েক্তা মণিপুরী লোল ইবা হৌদোকখি। মদুগীদমক মাগী খবর 'ঙসি' দা মণিপুরী লোলবু রাষ্ট্রলিপী ময়েক্তা ফোংদোকখি। মেট্রিক পরীক্ষাদা Script অসিদা Manipuri Vernacular Paper ইবা য়ানবা তক্কখি।

ইতোপ্ তোপ্পা মওং অমনা মাগী স্কুলগী অঙাওশিংদা "My daily life" নুমিৎ খুদিংগী ইহনখি। Class Master শিংনা Check তৌহনখি। মশা-মশাগী Diary-book অমমম্ থমহনখি। অসুম্না অঙাংশিংগা ওজাগা য়াম্না নকবা মরী থম্নবা লোয়ননা অঙাশিংগী মথৌদাং নীংথিনা তৌনবা থৌরাং হৌদোকখি। "ঙসি রাষ্ট্রলিপী হায়স্কুল' হায়রিবসি মাগী খবর "ঙসি ' অমদি হিন্দী ময়েক্তা মণিপুরী লোল্ ইহনবা অসিদগী মিং সি থোন্নখিবনি। ঐ ইনশামক ছাত্র-ছাত্রীশিং খোমগৎপা হৌখি। মীগী য়ুম য়ুমগা চত্তুনা অঙাং লাইরিক তম্বীবা তৌখি। 'Fund-Drive' তৌনবা থৌরাং হৌদোকখি। 'কাকা" লৈমাপোকপাকপম্ গুনী সিংহ (Joint Secretary) অমদি ঐ ইশামক শেল নীবা চৎখি। মতম অদুগী Chief Commissinor Shri Baleswar Prasad, মতম অদুগী চিফ মিনিষ্টর শ্রী কোইরেং, সেরাম-অঙৌ অমদি সিনাম নোদিয়া নচিংবা মফমদা দান নীখি। মখোয়না অঙম্বা মতেং পীরকখি। শম্না হায়রবদা School অসি 'Model' School অমা ওইহনবা পামখি।

ঐ ইশামক Gauhati তান্না চত্তুনা SEBA গী Secy Mr. Gogoi উন্নখি। স্কুল অসি Recognise তৌনবা তক্শিনখি। মণিপুরগী School তানাথোক্তা Recognise তৌবদা ঐখোয়গী স্কুল অমদি Don Bosco য়াওখি। য়াম্না থুনা স্কুল অসিগী মমিং শন্দোক্রকখি। Game & Sports, Cutural Activities ফগৎখি। School অসিগী অহানবা থাবা Matric পরীক্ষাদা 1st Div দা ছাত্র কয়া পুথোকপা ঙমখি। ঐনা নীংশিংবদা ময়ামনা হৌজিক শকখঙনবা Deputy Speaker ওইরম্বা N.Mangi, M.L.A. ভারতভূষণ (ইডিটর হুয়েন-লান-পাও) K.C. Nanda অসিনচিংবা School অসি গী ছাত্র ওইখি। মতম্ অদুগী Edn-Director S.N. Kaul মশামক্ লাক্কুনা স্কুলসিবু চাওখৎনবা Advice পীবিখি।

# GOVERNMENT OF MANIPUR
HOME DEPARTMENT

## ORDERS BY THE GOVERNOR : MANIPUR

No. 45/1/80-CH(Vol. II) : The Governor of Manipur is pleased to accord sanction a life time pension and state Pension to Shri Keisham Kunjabihari Singh. S/o Late K. Tonjao Singh of Keishamthong Top Leirak, Imphal for participation in the Manipur Nupilal of 1939 with effect from 1-4-82 at the rate indicated below :-

1) Pension @ Rs. 350/-p.m. w.e.f. 1-4-1982
2) Pension @ Rs. 350/- + Rs/ 250/-p.m. w.e.f. 1-10-87
3) Pension @ Rs. 750/-+ Rs. 250/- p.m. w.e.f. 1-12-89

2. The expenditure is debitable under Grant No. 34, Major Head 2235-Social Security and Welfare (NP), 01-Rehabilitation, 60-Other Social Security and Welfare Programme, 102-Pension under Social Security Scheme, 050-Payment of Pension for the year 1992-93. The Deputy Commissioner, Imphal District will be the drawing and disbursing Officer.

3. This issues with the concerrence of the Finance Deptt. vide their U.O. No. 1/92/FD (2-77) dated 19-10-92.

By orders & in the name of Governor.

Sd/-
(Kh. Mohendro Singh)
Joint Secretary (H), Govt. of Manipur.

মণিপুর সরকারনা থেঙলবসু থেঙনা কুঞ্জবিহারীদা ফ্রীদম ফাইটরগী পেনশন ১৯৯২ মথক্কী হুকুম অসি থোক্কুনা পীখি। মহাক্কা লৈখীদবগা লোয়ননা পেন্সনসু অদুম লোইশিনখি।

ঐনা জ্ঞান হেক তারকপদগী খণ্ডলকপা মী খরা হায়রবদি হিজম ইরাবত অমসুং ওজা কুঞ্জবিহারী মখোয় অসিনি।

*— লাইশ্রম সমরেন্দ্র*

য়াইস্কুল

লৈখিদ্রবা কুঞ্জবিহারী - নীংতম লাম্মীনি চন্না লেনবা গান্ধীজীগী আর্দশদা লেনজখিবা মীওইনি। থৌনা ফৈ - ইজৎকা লোয়ননা মতম পুম্বদা লেনখ্রবা পুন্সিনি। মপুঙফাখ্রবা পুন্সিনি - অমর ওইরবনি। মীংচৎতগী মহাক্না হেন্না চাউবনিনা চৎখিবা তাবনি।

*— এলাংবম নীলকান্ত*

*এলাংবম লৈকাই*

কৈশাম কুঞ্জবিহারীনা লৈখিদবদা মণিপুরগী অরীবা যুগকী অধ্যায় অমা লোইশিনখ্রে।

*— চোংথাম সমরেন্দ্র*

কৈশামথোং

শিরবা মতুংদসু হিংবা মীওইশিংগী মরক্তা পাবুং কুঞ্জবীহারীসু অমনি।

*— এলাংবম ইবোবী*

*এলাংবম লৈকাই*

মহাক্না মকা লাম্না নোকপা অদু হৌজীক ফাউবা উরি হৌজিক ফাওবা তারি। অদুক ফজবা মকা লাম্বা মিনোক অতৈ কনাদগী ফংনি থাজদ্রে।

***— খাইদেম নবকুমার***

***উরিপোক***